# পোইরৈতোন খুন্থোক

## ( POIREITON KHUNTHOK )

পণ্ডিত শ্রীমোইরাংথেম চন্দ্রসিং



মণিপুরী সাহিত্য পরিষদ

ইম্ফাল, মণিপুর

# পোইরৈতোন্ খুন্থোক্

সম্পাদন তৌবা

স্বর্গীয় মোইরাংথেম চন্দ্র সিংহ,
পণ্ডিত অচৌবা

ফোঙবা :
মণিপুরী সাহিত্য পরিষদ
পাট্না রোড ইম্ফাল—৭৯৫০০১

পোইরৈতোন্ খুন্থোক্ (Poireiton Khunthok)

অহানবা কোওবা—১৯৭৯ ইং, মার্চ

কোপি মশীং—১০০০

মমল লুপা ৬.০০



কোওবা :

মণিপুরী সাহিত্য পরিষদ

পাওনা রোড, ইম্ফাল—৭৯৫০০১

মণিপুর।

ছাপা তৌফম :

দি ফ্রেণ্ডস্ ইউনিয়ন প্রেস,

ইম্ফাল।

# ৱাহৌদোক

পোইরৈতোন খুন্থোক হায়ৰবসি থোইদোক্না লিৰবা লাই-ৰিকনি মণিপুৰী সংস্কৃতি খণ্ডনবগীদমক্তি য়াম্না কান্নরবা লাই-বিকনি। মসিদ ইবিবা লোল অসি যনা লিয়ে। অদুনা মণিপুৰী লোনগী ইতিহাস ইবকপা মতমদা য়াম্না মতেং ওইনিঙাই-নি। অরাবদি লাইবিক অসিগী খুৎই থিবদা খবা ৱাদুনা ফংনদনা লৈবয়নি। অদুগী মথক্তা লোন্না খরা হেন্না লিখিবনা অর্থ লৌবদা অখণ্ডবগী মতেং লৌদ্রবদি খরা ৱায়। ৱাফম অসি সাহিত্য পৰিষদনা হন্দক লোঙ্ঙবিবা অসি অনৌবা মণিপুৰীদা হন্দোকলিবা অসিগী মতেং লৌদুনা পাবিবগা খণ্ডবিগনি।

লাইবিক অসি পৰিষদনা ফোঙ্গনবা হোৎনজরকপা য়াম্না কুইরবনি। লাইবক ফবনা হন্দক মযামগী মমাঙদা পুথোকপা ঙনজবা অসিদা নুঙাইজবে। অদুগী মথক্তা লাইৰিক অসি সম্পাদন তৌবিবিবা অসি লৈবাক্কী শক খঙবিরবা স্বৰ্গীয় মোইরাংথেম চন্দ্ৰসিংহ পণ্ডিত অচোবা, সাহিত্য ৱত্ননি।

হায়জগদবা ৱাফম অমতংদি, লাইৰিক অসি সম্পাদন তৌবিবা মতমদা পণ্ডিত অচৌবনা ফোঙদোকপিৰিবা মত অসি মহাক্কীনি। মহাক্কী মত অসিনা সোইদনমক সাহিত্য পৰিষদকী ওইগনি

হায়বা লৈতে। সম্পাদকী মশাগী মত ফোঙদোকপগী মপুং ফাবা অধিকার অদু সাহিত্য পরিষদনা পীজবনি।

লাইরিক অসিনা অরিবা সাহিত্যবু মশক খঙ্বদা খরদা ওইরবস্নু মতেং পাংবা ওইগনি হায়না পরিষদনা আশা তৌজরি।

ইম্ফাল,

তাং ১।১।৭৯ ইং

ডাঃ ইরোম বাবু সিংহ

জেনেরেল সেক্রেটরী

মণিপুরী সাহিত্য পরিষদ

# পোইরৈতোন খুন্থোক

খানিংবা হোঙ্‌নবে মিকোন্‌বা হোঙ্‌নবে। খানিং মিকোন্ আমা তৈপাতি মিয়ুরা চিঙ্‌খোঙ্ পোইরৈতোন মখুরোন্‌পু কোয়পানে। লহান্‌নোং হরিওয়তা তাবপঙ্ বোন্‌ননা পালম্‌গুম খমুংং তেননা খোঙ্‌লম্‌ওয়তা য়াওরও লাতোক্‌পা তোক্‌পা তোক্‌মু ময়সাংপা লম্‌পাল্ সারোন্ কোয় লয়পুঙ্ কোয়চারোপা। খোঙ্‌লেন্ লম্‌কান্ সানা য়াম্‌না খোইনা পাল্‌লম্‌গুম থাপা চেংঙাচানা বাংলয় য়ুসিন্‌নরে। সাপি নোংতা চিঙ্‌থন্ য়াঙ্ য়াওসাপি য়াওনা তোন্‌পা খুনপী য়াঙলীশা *য়েরা অতোন্‌পাপু খোয়র য়োংপুননা পাল্‌লম্‌গুমতা য়াওরও লাতোক্‌পা তোক্‌য় ময়সাংপা লম্‌পাল্ সারোন্ কোয় লয়পুঙ্ কোয়চারোপা খোঙ্‌লেন্ লম্‌কান্ সানা পাওহংখিরে। খিরোই থাপা চেঙাচা বাংলয় য়ুসিন্ হম্‌পারো নঙ্‌তি আসি কোয়ও

---

চংনবী, লাইনিঙ্ লীচং হোংনদে। মিঙগী থাগী হোংনদে। মিঙগী থাগী য়ীরাং খোনি অমা শোংবদি অহন্ য়োইরব ইপু চিঙখোঙ পোইরৈতোন্ মুংশিন্‌না কাইনরক্‌পন হোংবনে। ময়াংতৈ হরিচক্ত পোক্‌প, শিব খায়দনা অমত্ত য়োইন লৈরিঙেদ শা তোক্‌প তোক্‌প তোক্‌মু মৈশাংব মপাল খোংদ শারোল্ য়াম্বন অহল্ য়োযন লৈবাককি থবক্ পুডুন পান্‌ব মতম্‌দ য়াবন লৈবাক্‌কি থবক্ত মতেঙ্ পাঙ্‌লম্‌মে। সাবী নোংদা চিঙখন্‌য়াঙ্ য়াওসাব য়াওম্‌তোন্‌ব খুন্‌বী য়াঙলীশা য়েরা অতোন্‌ববু থবক্ত

---

* "য়েরা" হায়ব অসি "লৈরা" হায়বস্ য়াওরি।

ঙুমিৎ মাতি কাতায়বা মাহিপ-কাপানো হায়না পাওহংপাপু। মান্মা মাওয়ও সাতোক্পা তোক্ম্ময়পাংপাবো অমতা পুন্নম্ লাংন্নম থকতা মাতাকে হায়না পাওখুম্খিয়ে। মা ওয়ও সাতোক্পানা মিঙুং লোয়রায়মাতা পুন্নম্ লাংন্নম্ থাকবি লাক্কে লাক্ময়েন্নে। আসি কোয়ও ঙুমিৎমাতি কাতায়বা মাহিপ-কাপানো হায়না পাওহংপাপু। হোয়বা আসি কোয়ও ঙুমিৎমাতি লিয়েল, কাঙকয় থকতা মুঙ্পী ময়্ঙানবা মাহিপকে পাওখুমখিয়ে। মাওয়ও সাতোক্পানা লিয়েল, কাঙ্কয় থকবি লাক্কে লাকয়েন্নে। মিয়োয় বাপা চেঙ্ঙাচাবো। মঙ্তি অয়পু তম্নামাম্পায়া অসি কোয়ও ঙুমিৎমাতি কাতায়বা মাহিপ-কাপানো হায়না পাওহংপাপু। বাপা চেঙ্ঙাচানা পাওখুমখিয়ে। মান্মা মায়ও সাতোকপবো আসি কোয়ও ঙুমিৎমাতি লাংলেল, কোঙ্মাঙ, বাতোল, থকতা মাতাকে হায়না পাওখুম্খিয়ে। মাওয়ও সাতোক্পানা মিঙুং লোয়য়ায় মাতা লাংলেল, কোংমাঙ বাতোন থর্কি পাময়া মখান সানা কাম্থানে। বাপা পুম্সিন্

---

মাইপুনন লৈরিঙৈদা তোক্পা সায়োল্ মান্নন (মরৈ ময়া চাউবন) ঐগি তুংইন্নবা মাব নঙ্দি ঙসি নোংমদি কদাইদ হিপ্কনি হায়নন হংখি। ঐগি ইথক্ খোংব অহন্ শা তোক্প তোক্মু মিশাংবরো ঐদি ঙসি অসি পিঙমদ হিপ্কে হায়ন খুম্খি। শা তোক্পন অহিং নোংয়াইদ পিঙমদগি লাক্কনি হায়খি। ঙসি নোংমদি কদাইদ অহিং লেক্কনি হায়ন অমুক হন্নন হংখি। হোয়দ ঙসি নোংমদি নাথাংদ মুঙ্দ নংগন্নন ঙাবগ হিপ্কে হায়ন খুম্খি। শা তোক্পন নাথাঙ্দগিস্থু লাকনি হায়খি। ঐগি ইতুং ইন্নব মাব উচেক মচাবো নঙ্দি ঐবু তোইনা লক্নবয়া। ঙসি নোংমা অসিদি কদায়দ মাহিপকদগে

তুহো লয়না কোয় চকযোম্ ময়বিংতা থাম্পী ময়হৌতা পুঙ্‌ং বান্‌থোংতা সারেল হিংসোঙ [illegible] থমলে। হায়তাপায়া? হায়েং কৌপা চিঙ্‌ঙুং নোংকা লোয়ন্নাপাতা সাপী নোংতা চিঙ্‌থল্ মাঙ-খুন্‌পী য়াংলিসা য়েন্না আতোন্‌পানা পাওহংলক্‌য়ে। য়াম্না য়াওয়ও লাতোক্‌পায়বো নবোয় বাপা চেঙ্‌ঙাচা বাংবৈ য়ুলিল হন্‌পতি কাতায়নো হায়না পাওহংখিয়ে। য়াওয়ও লাতোক্‌পানা হোয়তা য়ীবোয় সাপী নোংতা চিঙ্‌থলমাঙবো য়ীবোয় বাপা চেঙ্‌ঙাচা বাংবৈ য়ুলিল হন্‌পতি অমি য়ীঙুং লোয়ন্নায়মাক্তা চকযোম্ মৈরিংতা থাম্পী মৈহৌতা পুঙুং বান্‌থোংতা সারেল হিংসোঙ সায় য়াওচায়ে। আম্মম্না পাপ্‌খুমলাপাতা তোম্মী নিকিতা নঙপু য়াম্‌মা বোইপাক্তি বোইচু নংতে। অমপুঙ্গু য়াওচারবেনে হায়না খুৎকাং লৈচেঙ কাম্‌না হোং লৈমু ভুংহন্‌না লৈহৌ মাঙখিন্না মথক পুংকা থোল মথা থোংকা ভওনা লৈঙুং থোঙঙায়েল অহনপাপু থিন্তানখিয়ে। লৈঙুং থোঙঙায়েন অহনপকি য়ীম্পী কাওচে পায়না পাউনওখিয়ে। লৈঙুং থোঙঙায়েন অহনপানা পাওহংঙাম্‌য়ে। সাপী

---

হায়ন মপাও হংখিবনু বাব উচেক মচান পাওখুম্‌থি। য়িয়াম্ব শা তেক্‌পবো ওসি নোংম অসিদি নাতোন্‌গি মতোন্ অতুম্ব মথক্ক হিপ্‌কে হায়ন খুম্‌থিয়ে। শা তোক্‌পন অহিং নোংয়ায়দ নাতোন্ মতোন্ অতুম্বদগি মাগি মমুংশান কাম্‌থরে। বাবগি অহোব মতু পুম্‌শিন্ অচু লয়ন কোয়রগ মৈ হোঙ্কন থোংলগ চাদন শাহিং বোইন শায়চুন চাথোক্লে। বাবগি মিচ্চল্ মথরায় থম্‌লো। হয়েং বাক্‌তুনা নোংঙাল্লবদ লম্‌জেল্ মাঙ্‌ব শবী, খুন্ শেম্বদ অয়াঙ্‌ব রেন্না অতোন্‌বন হংখি ঔয়াম্ব তোক্‌পবো নতুং ইন্‌ব মথরাই বান লৈব য়াব য়ুশিল্ হনবদি কদাইদ চৎখ্রে। মাচু

নঙত্তি করি পোঙনো পাঙংখিরে। হোয়ত্তা অমতা তাইপঙ পোংবে পাওখুমলাপাতা তাইপঙপাল অমা নৈপারা পাওহংখিরে। নৈহুং খোঙতারেল অহম্পাবো তাইপঙপাল অমা নৈরে পাওখুমখিরে। তৌমিকিত্তি তাইপঙপাল অমা নৈরে হাম্মাপাত্তি নমৗম তাইবংপানতৌ করি পানপানো পাওংলপাতা হোয়তা নৈহুং খোঙ্তারেল অহনপবো অমাম তাইবং পানতৌ মুমিৎ পালয়ে, থা পালয়ে, থামায় থাতোল পালয়ে। সচিক্ থাপা থাবানপীচাক্ খোংচোম্পী পালয়ে। তৌমৗকিদি অতুমা থোইপা করি পামপানো? হোয়তা লম্পু পালয়ে। তুপু পালয়ে। তয়েৎ লাইকম্ নেম্তা লোইতা মূই কোন্থাং লাইমৈকক্ লাইমৈখাং নৈমা তান্নু মিংথৌ কাংপা থায়োং লাইরেল্ মোয়িয়া কম্পানচানা মীওা কুম্তম্না মিংঙেল কুমথাইমরে। তাইপঙ অতু মথোই করি পানপানো? হোয়তা বোক্লেল্ মাওতম্না লাইরেল চৌতম্না পালয়ে। মীসা লম্সা তোক্পা কাম্পা মুথোক্ পায়ণং সাতুক সাঙাং সামু নৈরাং থুপিং থুপাই য়োংমু য়োংসেল পালয়ে। আতুত্তি কাতৌনাকো: নাথোক্, নাত্তাম্‌পু য়েংন

---

তাবদ তোক্পন খুম্থি। হোয়দ হে শবী লম্জেল ম্যাঙবরো, ইত্থুং ইশবা রাব উচেক মচাদি ঙসি অহিং নোংয়ায়দ বৈ মাওদন, মৈ হৌদন, খোংদন শাহিং বোয়ন শায়হুন চা-থোকখ্রে। অসুম্ন রাবন খুম্লক্লবদ শবীন হায়খি। অহু য়োইরবদি নহাক্পু ঐখোয়ন ঈয়াম্ম য়োইন থম্ব অসিদি মতিক্ চাত্রে। ঐহাকপুস্থু চাথোক্লব মাই হায়তুনা মখূৎ খুৎফাংন নৈপাক্ হোংলগ খুত্থংন নৈপাক্ অহু মতুংলোম্দ হোংতুন অহান্ব নৈপাকন মাঙদ ইল্লগা মথক্ত নৈপুঙ থোল্লে, মখাদ খোং তওত্নুন নৈমুং খোঙ্তারেল্ য়োনব চংথি। নৈমুং খোঙ্তারেল্

থবনা য়ামায়ো। সাচি সায়া অকপাতি য়াহ্কা থোঙ্কা য়ামালো। পাথিং পুথিং থামায়ো। তাইপঙ্ অতুদা থোইপা করি পান্‌পায়ো? হুমচীন্ হুয়দা মেনলৈদি সেমাং লৈসোক্ থোঙ্‌কম্ লৈমি থোম্‌পা, কোম্পী কোঙ্‌য়াঙ্-হাওরৈ ফোম্‌লাং কোক্লেন্ লুসী পানয়ে। অতুতী কতোনকো? কোংলঙ অমথেনা সাপন্ লম্‌তাক্‌নয়ো। লৈয়হ্ মৈয়োম্‌পাম্‌ঙ্ হন্না ঙম্‌তে। থোংপান্-লুপাঙ্-পাম্মুঙ তেংনা ঙম্‌তে। নঙ্-হান্না তেংনফয়ো হায়ব পাওথেম্‌থিয়ে। তৌরীকিতী শাপী মোংতা চিঙ্‌থন্‌য়াঙ য়াওশাপী য়ামা তোম্‌পাহ্মো তাইপঙ্ অময়হ্ হনবায়থিয়ো হায়থিয়ে। মোংতা চিঙথন্ য়াঙ্‌না তাইপঙ্ অময়হ্ হনবায়রক্লে। কোম্পী খুৎতা সু. মেনলৈ য়াতা

---

অহন্‌বগি য়ুম্মী উথোক্তেল্ পায়হন হায়জক্কই। থোঙ্‌জাবেল্ অহন্‌বন হংলম্মী—শবী নঙ্‌দি করম্ব মীনো? শবীন হোয় ঐদি তাইবঙ্ মীনি হায়ন থুম্‌থি। তাইবঙ্‌পাল্ অম লৈবোইরে। শবীন থোঙ্‌জাবেল্ অহন্‌বরো তাইবঙ্‌পাল্ অম লৈ। অচুদি তাইবংপাল্ অম লৈ হায়রবদি নথোয়গি তাইবঙ্‌পাল্ অছুদি করি করি পান্‌বগে হংবদ থুমথি। হোয় থোঙ্‌জাবেল্ অহন্‌বরো ঐথোয়গি তাইবঙপান্‌দি মুমিৎ পাল্‌লি, থা পাল্‌লি, থায়াম থাদোন্ পাল্‌লি। শজিক্ থাবা থাবানমিচাক্ থোংচোমমুপী প্যাল্‌লি। অচুবোইরবদি মাচুগী অথোইপা করি পান্‌বগে? হোয়দা লম্‌পু প্যাল্‌লি, তুবু প্যাল্‌লি। তবেৎ লাইকম্ নেম্‌দা সোইদা য়ুই কোন্‌থাংকা লাইমৈকহ্ লাইমৈশাং লৈম তান্‌মু নিংথৌ কাংব, থারোং লাইরেল্, মোরিয়া ফম্বান্‌চান ঈঙা কুম্‌তম্‌ন ইংঙেল্ কুম্‌থাইনয়ে। থোঙ্‌জাবেল্‌ন অমুক হংথি। অচুদগী থোইব, করম্ব তাইবঙ্‌দ

চীক্না পেরে মাসিনা, লৈরি খাঙ্‌তা য়েংনা খন্নুং হনবাইচিন্‌দকনে। তাইপঙ্‌ ইকোনপীদি [illegible] খন্নুং মাকোনপীদি নমু য়োয়তা কাব্‌না সিঙনেন লৈয়েংবখিরে। খন্নুং মকোনপীদি বাউমুঙ বাউচু মীক-রে। তাইপঙ ইকোনপীদি মুমঙ মুচু মীক্রায়। খন্নুং মমেন লৈদি য়োয়তা কাদ্‌, তাইপঙ ইমেন লৈতী য়েংদা কাব্‌ন সিঙনেন লৈয়েংবপায় খন্নুং মমেন লৈতা বাউচু নীক্রে। তাইপঙ্‌ ইমেন্‌ লৈতী ঙাঙ্‌চু ঙাঙ্‌-নীক্রে। খুন্নুং মলেয়াংতী য়োয়তা কাদ্‌, তাইপঙ্‌ ইলেয়াংতী য়েংতা কাব্‌না সিঙনেন্‌ লৈয়েংবাপাপ্‌ খন্নুং মলেয়াংতী লোঙমু লোঙ্‌মা বাথনে। তাইপঙ্‌ ইলেয়াঙ্‌তী লোঙমু লোঙ মা পোইরে। খন্নুং মবে

---

পান্‌বগে? হোয়, ওকুলেল্‌ য়াতম্‌ন লাইরেল্‌ চীতমন পাল্‌লি। ঈসা লম্‌শা, তোক্‌প কাব্‌ব মুরোক্‌ পায়বং শাতুক্‌ শাঙাঙ, শায়ু লৈয়াং, খুবিং খুপাই, য়োংমু হোংশেল পাল্‌লি। খোঙ্‌ঙারেল্‌ন হায়খি মখোয় অচুদি কাঁর তৌনগনি? মনাপি মখোক্‌ মনাপি মশক্‌ য়েংনরগ খন্‌বচুন য় নরো। শচী শায়া অকবদি অয়াক্‌পগ চঙ্‌গদবগ য়ানরো। মপা মমিং মপ্‌ মমিং হায়নরো। তাইবঙ্‌ অচুদগি খোইব করি পাল্‌লিবগে? চুয়চাদ্‌ চুয়য়া মেলৈ শৈয়াং লৈশোক্‌ খোঙ্‌গম্‌, লৈরি খোম্‌ব, কোন্‌বী কোঙ্‌য়াঙ্‌, হাওরৈ কোল্‌প ৎ, কাক্‌লেল্‌ মুসী পাল্‌লি। খোঙ্‌ঙারেন্‌ন অচুদি কদৌনবি হায়হন অতোংব লম্‌নি, সাবল্‌ (লম্‌দোং) নি হায়হনা মখোয়ন হওব উবদ খঙ্‌নৌ। লৈবক্‌ মৈয়োম্ব হায়বদি লম্বী অমী শম্‌বদব লৈরকতি হনদোক্‌প য়াবনি। খোংবাল্‌ মরু পাক্‌পদি তেংব (মপাল তেংব) ওমদে, নহাক্‌ হান্‌না তেংবু চংবু হায়ন খেম্‌থি।

লেঙ্লারাবোই। মীপানৌ চিঙ্খোঙ্ পোইরৈতোন্ নওপু তাইপঙ্ খুন্থোক নুবো হায়না পাওযেনপানু হোয়ত্তা মীপাপী লৈহুং খোঙ্ঙারেল অহক পাম্মো মাপানৌ অরতী পাহাঙ্ হুংচেং য়োই· থায়া থম্মোং য়োইনা পাবো লঙ্পায় লোন্তাম্পা লওহুম্না মীতোম্ পাংলোয় নীক্লে। হুয়া ঙাউখোং লিন্থু নুক্নুম য়ীপা হাঙ্লে। থম্হুংতাম্নঙ্ পাম্রা য়োই· হয়েং তাইপঙ্ পান্তাম্নঙ্ পাম্রা ওইত্তেনে। তাইপঙ্ পাউনোক্ চাউরে। মাই বাকল্-থিরে। মানৌ চিঙ্খোং পোইরৈতোন্ য়ো তৌমীকিত্তি মত্তে লৈযা

---

খোক্পা অসি কনান খোক্সিবা ? লৈমুং খোঙ্ঙারেল্ অম খোক্কে হায়বন্থু অমদি ঈচা ঈঙ পোক্তুনা য়ুম্পান্বগি মপুঙ কারে। শূমাঙ্ উথিনহুনা অমগি থঙ্লে। চিঙমাদ খেন্পুঙ্ খোল্লে। উ থারে। অমগি ওম্থৈ থঙ্নব খোং তওরে। মমম্ অসিন অমহাক্তি চংপ মাদে অহুন মীনাওতোন্ পোইরৈতোন্ নহাক্ তাইবঙ্পানদ খুন্থোক্লু। অন্নুম্ন হায়রবদ পোইরৈতোন্ন খুম্থি—হোয় মাম্বুং খোঙ্ঙারেল অহন্বমো নবাও অমদি য়ুম্ পান্ত্রিব পাথংনি। মচয় মাওদব থাবাগুম্ লৈহুন মীপা লৈতব পাথং, পাবোং কামব শংবামগুম্ ইপা হাঙ্ঙি। মিংঙোন্ য়োইবীগি শিলন্নুক্ন মপা লৈতবগুম্ ইপা লৈত্রি। অহুন থম্নুং লৈবাক্ অসিদম্থু পাম্রা য়োইয়ে, হয়েং তাইবঙ্ খোক্লবন্থু পাম্রা য়োইরুগনি। তাইবঙ্পান্দি মীনোক্ চাউজ অহন অমহাক্ খোক্প ওম্লোই হায়ন মাদরে। অহদ মাম্বন হায়থি চিঙ্খোঙ্ পোইরৈ-তোন্ য়ো অহ য়োইমদি লাইরেল্ হমজাউবন পোক্প নত্তেম লৈম লাইথুরেম্বীবু লোয়নখো হায়রে। অহু তাবদ লৈম লাইথুরেম্বীন

লাইখুরোম্পী লাইরেন্ হুম্চাউপানা পোক্পীপু চেন্নাখিরো গায়রপাতা লৈমা লাইখুরোম্পীনা পাউথুম্খিয়ে। য়ৌসাপী লৈনুং খোঙ্ঙারেল অহন্পাবো নাসানৌ অয়ঙী লৈনুং য়োয়চা চাখা অরিপা নঙ্কা কংলৈ পুঙকায়া সুমায় উখিন্মানারাপা নৎতাপাবা? নাসানৌ অয়ঙী য়াখা লাইখা তা য়ৌমিৎ য়ুংয়াৎনয়ে। য়ৌখোম্ থীক্লেল থানাইতা ময়ীম্ তাইপঙ্ পাউনোক্ চাউয়ে। মাই বাকন্খিয়ে। তৌয়ৌকিতি লানৌ চিঙ্খোঙ্ পোইরৈতোন্বো নাইক্ত লৈমা লৈনাউতাপী খুনং ঙানপা মপু নিংখো চয় ?চরৈ লাকা পানপাপু খোংথৈনাপী সুকমু থনপাপু বাঙমপা লাংয়া থনপাপু বাতেমপা চয় চাখা খুনয় লাইহনপানা পোক্পী লৈমা লাই- হনসু, লাইচম খোঙ্খোঙ্ সেমপা চিঙমা লাইফা তেংপা চিঙ্নুং খারো লাইহৎপানা য়েন পী, থমনুং লওবী সেমপা সীঙকাঙ তাউপা মুরোক

---

খুম্লকঙ্গ য়ৌশাবী লৈনু' খোঙ্ঙারেল্ অংনবরো নশানৌ অয়াদ লৈনুং কোয়ব চাখা অরিব নঙগ কংলৈ মপুঙ ফান পানমিন্নভন শুমাঙ্দ উ থামিন্নভুন নঙ্গি অয়গি থঙ্লবনি। ননাও অয়দি য়াখাসু লাইগি থয়ংকুম্ শ ন য়াংশি। য়ৌমিৎসু য়ুংন য়াৎলি অতুগ থবাক্সু থীক-থা লৈতব মরেঙ্নি। অতুগ তাইবঙ্পা দ লৈব মীদ নোক্নচাউঙ্গ। অড়ন অয়দি চৎপ ঙম্লোই হায়ন য়াদ্রে। অহংবাইববাদ য়ৌনাওতোন্ পোইরৈতোন্, খুন্নুং ঙান্ব মপু নিংথৌগি মচা নুপী, মফি ফিজিতোন্বু থাউ শাবী নতেম লৈম লৈনাউতাবী, পোক্লক্লিব পূমনমক্পু নোংদম্ব, শিশব পূমনমক্কিসু য়াম্লেন্বন পোক্পী, চাখা খুনুং লাইহন্বন পোক্পি. লৈম লাইফা তেংব চিঙ্নুং থরো লাইহৎপন মরু পীবী, থমনুং লওয়ী শেম্বা, শীঙ্কক্ তাউব, মুরোক্ শেম্ব, মথৌ য়াম্বন পোক্পী, পুরোয় লেম্নুন নাওপুবী, মপা মপূন ফাব লানন মহৌ খুনগি

সেম্পা মথেল্ থৈপা চম্ু পুরোয় লেমনু লিন্‌কোংকি থমনুং থোংজাইপা থায়েল্‌চুম্পানা পোকপী মপায্ হেবদ্ লান্নৌকিতি মাহৌ খুঙ্‌চোংচা লিদ্দ্লা হাওতম্থীপূ অহোঙ্ লাল্‌নু থৈনা সুংপা চম্পু চেম্নখিবো। অমুম পাওমেল্‌লাপাতা য়ীসাদৌ চিঙ্‌খোঙ্ পোইরৈতোনবো য়ীপীঙপূ তাইপঙ্ খুন্থোকবো হায়রপাত্তি সানৌ নঙ্পু অথা কাইহীকুনো। হয়েং তাইপঙ্ কোয়চানাপা হিংনা চাপা মরম্ চামা মুনমা চাপা মরম্ চামা তাপোং সাপা তায়াল্ সাপা হাওকি সাপা সাইফি সাপা অন্তৌরিপা সাকায়ীপা চংনিং হেনপা, মোইকেংপা মরী লীলাপা মরাং লাংসাপা তায়া মথী, তোংনু মথী, লীকলি থালোল্ মথী, য়াইসেল য়াইকৌ মথী, চাচাক্ চাহাউ মথী, তাঙ্‌থোক্ তেক্‌কোন্ সাপা, তাল্‌ময়োঙ্ সিন্নাইপা, তান্তেক্ থাঙ্‌সাপা, অপক্মা পুম্নামাপ্ নেমথোকচেন্সে। অমুপা নঙ্‌তৌ

---

খুঙ্‌চোংগি মচা লিল্লা হাওতম্থী কৌববু অহোঙব লম্দ ফাব লু (কোক্) য়োইন তোপ্‌ন থম্ব চম্বু পুখো। অস্থুমন থম্মুং খোঙ্‌ডায়েল্লন হায়রবদ লৈম লৈনাউতাবীন পোইরৈতোন্ য়েংলগ হায়াখ—য়ীশানৌ চিঙ্‌খোঙ্ পোইরৈতোন্বো অয়খোয় অনিবু তাইবঙ্ খুন্থোকউ হায়রবদি শানৌ নঙ্ খৌওইদবা তৌ-গন্নু ফিংখিগন্নু। হয়েং তাইবঙ্‌পান্দ চান-থক্নব য়ুম্ পান্বগি পোৎ পুখিসি। হিংন চানব পোৎলম্ চাম, খোংলগ চানব পোৎলম্ চাম, তরোং শাব, তয়াল্ শাব, হাওফি শাব মী, অন্তৌরিব, শাগরিব, চংনিঙ্ হেন্ব, মোইকেংব, মরী লীশাব, মরাং লাংশাব পুসি। অহুগ ফৌদিগি জাৎ—তোংন্নু ফৌদি, লীক্শি খামেন্ ফৌদি, য়াইশেল্ য়াইকৌ ফৌদি, চাচক্ চাহৌ ফৌদি পুসি তাল্ ময়োঙ্ শিন্ নাইব, থাঙ্ শাব, তান্তেক্নচিংব পুমমক্ পুথোক্সি। অমুব নঙ্‌ন সনদং শেনজিলল্নু, অঙৌব নঙ্‌ন হমেঙ্

সন্ভং সেনচেম্‌বো। অঙোপা নঙ্তী হামেঙ্ সেন্‌চেম্‌বো। থৌঙানপা নঙ্তী থাঙ্কোই রাংনম্ সেন্‌চেম্‌বো। য়োঙান্পা নঙ্তী লীমী তেন্‌তোং মাপু ভিংচেম্‌বো। হিসাপা থেংচা কোইচাপা নঙ্তী সিঙ্চঙ্ য়াবা সেংতা থোংমা কাঙমুম্ কাওরামাপু য়ান্‌থংচেম্‌বো। লইকান্‌পী নঙ্তী লৈকান্‌চেম্‌বো। লৈরাম্‌পী নঙ তি লৈরাম্‌চেম্‌বো। মিয়াইপু নঙ্তী মি পায়চেম্‌বো। থোঙভানু নঙ্তী য়েন্ পায়চেম্‌বো। লৈমুং মিযাপী লিমি লিকোঙ্পী মাঙ্রায় তুংবায়পী নঙ্তী থোইচু তোন্‌লোঙ য়ীক্‌চেম্‌বো। লৈমুং অসৈপী মচি লাংকাপ্পী নঙ্তী রাইসেং কাম্‌না য়ীক্‌চেম্‌বো। থাপা লাংথঙ্ চা নঙ্তী মরোং সন্থিল তাপু কান্‌থোক্‌চেম্‌বো। লৈমুং য়ীযাইপা থীক্‌নেম্ কোইনেম্‌পা নঙ্তা সন্চী নারোঙ্ য়ান্না মিকোন্‌চেম্‌বো। হায়ন অমুম্ পাওমেনাথিয়ে। সাপী নোংতা চিঙ্থল-যাঙ্বো নায়ম্‌লেন্পু য়িন্তান্সে হায়পাসুঙ্ কক্‌চেং নাকারম্, থোইচেং

---

শেনজেম্মু থোঙানব নঙ্দি থাঙ্গোল শংপাই পুসেম্মু। য়োঙান্‌ব নঙ্না লীরুং তেন্‌দোংবু পুশেম্‌মু। হিজব থেংজা কোইজব নঙ্দি শিঙ্জঙ লেংদ থোংন পুহুন কাওলুম্ কাওরাবু য়ান্‌থোক্‌রো। লৈফান্‌বী লৈ ফান্‌জেমমু ( লৈ পু )। লৈরম্‌বী নঙ্ন লৈ মরম পুজেম্‌মু। মিয়াইমু নঙ্ন মি পায়শেম্‌মু। থোঙ্ভামু নঙ্দি য়েল্ ( পাঙ্গল কন্‌নব পোৎ নক্রগা য়েনশাং) পায়শেম্‌মু। লৈমুং মীমাবী লিরি লিফোঙ্বী মাঙ-তুং থঙ্ন চেনুন চংলিবী নঙ্দি থোইজু লৈথাম্ মৈ ঈক্‌তুন পু। লৈমুং ঈশৈ শকপী শজি লাংকাপপী নঙ্ন রাইশেং ( রাইমচং ) থজেমমু। থাব লাংথং মচা নঙ্ন মতোল্ লোঙ্ব সন্ থিনলব তা পুশেম্‌মু। লৈনুংগি অয়গি মাইব থীক্‌নেম্ কোয়নেম্‌ব নঙ্দি শন্‌জি নারোং য়ান্‌হুন মিকোন্ থাগোন্‌জেম্‌মু। অমুম্ তোন পাওমেন্‌নরে। মীয়াম্ব শবী নোংতা চিঙন্থয়াঙ্রো নথোয়পি লম্বীদ চংসি হায়বমু কক্‌চেঙ্ন চংপ,

নাতাপ্ন রাগী মুহ লমুনে। লৌমী কাপ্থুপ্ মাপু তিংচাকারোইগে। লাক চেন মেমাপু লাক্চাকারোই। সাজা লান্চামাপু কাপচাক্‌রোই। থুন্পী মুঙথোঙ্ থিংব মুঙ্পা মনা হোপামম্, থাবান্ মোংলৈ ঊপা, লৌক্লা বাইকেন্ চন্পা লমপু ইন্সে হাযরপাম্ থৌতু নঙথোঙ থিং-পাপু কনা থৌনাসিপানো হাযরাপাতা চোপ্না চোপ অম থৌনাকে কায়-পাপু চোপ্ মাথানা মথা লেকরে। থৌনৈ মারা সিঙ্রাঙ্ পাকনা তাইনা থৌনাপাপ মথৌ কুমলে। থৌতু মুঙ্থোঙ্ থিংপাপু কনা থৌনাসিপানো হাযথাবাপাতা মান্পী কয়রেম্ কাও কাওবেন্ নোংলম্ লন্, কাসোম লন্ চীপংপা চিঙ্থঙ লন্ লাইমান পানা থৌতু মুঙ্থোঙ্ থিংপাপু অম থৌনাকে হাযখিরে। মীচি চীয়েন্ মেৎলমপি লনা লোঙ্থুম্ চক্পিবো। চীয়েল্ বোযরমকিনা লুপা লোঙথুম লনচন্ চকপিরো।

---

থোইন্ বাগী মুনুন লৈব লমান। লৌকংদ লৌমী কাপ্ অম শাংব ফাওব তিংব মারোই। লৌমী লকা লাক্ন চিংবসু মারবই। চানব শা, লাল্ তৌহন মী অম কাওব কাপ্চব মারোই খল্ মকোক্ত মুঙ্ন থোংথিংব, থিংলিব মুঙ অদু মান হৌব লপী অহোব অহুদ নোংগৈ ঊব, নিকলান বাই চাইবগুম্ চাইব লম-লোমদ চৎসি হায়রবসু থিংলিব মুঙ্ অসি কনান হাংগদ্গ হায়বদ চোপ্ন চোপ্ অম্ হাংগে হায়বসু চোপ্ মথন্ত মনা লেক্-তুন তোক্লে। চোপ্ন অম মুঙ্থোঙ হাংগে হায়রগহাংব ঙম্দ্রে। থবক্ত থৌনা কব অপাক্প শিঙ্জঙ্ন হোংনবসু ঙম্দ্রে। হাংবঙম-দ্রব মুঙথোঙ অসি কনান হাংহনশিব হায়রবদ কয়েম শল লাব, অথোইব কাও নোংদম্ শল্ কশোম্পি শল্ মচী পংব, লাই মানব চিঙ্থং শনন থিংলিব নঙ্থোঙ্ অদু মান হাংনবগো নগে হায়খি। মান থং থংব মচীদ সনাপি থোঙ্থুম্ প্লাব্বিয়ু, মচী বোয়রম্দ

ঈমায়. লংমাই থা তোপ্‌পিও। লোইজিঙ. থা য়ান.মান্‌পিও। ঈমৈ ঠৈনা য়াংমু চোন্‌চোন্‌লগ্‌না থাংবিও। ঈনম্ লওরী শুংতাই মান্‌পিও ঈথানীক থোথায়ান. ঈহাক.চক্‌ফি হাইকুপ. শীপিও। অয়ুক. চাপা খুম্ অমা মুমিতাং চাপা খুম্ অমা তম্‌পিও। ঈচীক্ খুম্‌মা ঈশা খুম্‌মা খায়পিও থৌতু নুংথোঙ. থিংপাপু ঐ থৌনাকে হায়খিয়ে। তৌঈকিতী কোয়ও মুমিৎ মঙাপু ঈপারি চিৎমা হাথানুখিকে হায়্‌খিয়ে। মপারি চিৎমা হাথারপাতা মপারিতী মান্‌পী মমিৎকূপ. মনাহুম্ শূমার. তিংথৌ হাশং লম্‌না থপ.- চারপাতা মানূপী চিঙ.থং শল্ লাইমানপানা লুপা লোঙখুম্ হুকপানা হাই- পাতী থৌতু নুঙ.থোঙ. থিংপাপু নীকফেৎ নীক্‌য়ে। চীরেল্ মেৎলমকি সনা লোঙখুম্ হুকপানা হাইরাপাতী থৌতু নুঙ.থোঙ. থিংপাপু শপ্ তাংদাঙ. হাইথোক্‌লে। খমনুং মশিন্‌পীতী শিন্‌তুম্ শিন্‌না থোক্‌লক্‌লে। অতুনোংকিপু খমনুং মশিন্‌পী ও থোন্‌নায়ে। হায়তাপরা? নয়ুরা চিঙ.-

---

মুপাগি লোংখুম, পান্‌বিয়ু হায়খি। অতুগ ঈমায়্‌দ নোংপোকত থোরকপ থা মান্‌ন তোপ্‌পিয়ু, লোইজিঙ. পক্‌প থা মালনব তৌবিয়ু। ঈমৈন নিঙ্‌খম্‌ ফিনা য়ানবগুম্‌ চোন্‌জোন্‌ য়ান্‌বিয়ু। ঈনম্‌পন্দ লওরীগুম্‌ন শুংদাই অম থম্‌বিয়ু, ঈথাদ ফি য়ান্‌বগুম্‌ ঈথৌ য়াম্থবিয়ু. ঈশাদ চক্‌ফি মান্‌ন কূপ্‌- পিয়ু। ঐগি চিজাক্ অয়ুক্ চানব চফু অম, মুমিদাং চানব চফু অম তোংঙাল্ থম্‌বিয়ু। অদু ওইরবদি নুঙ্‌থোঙ্‌ থিংলিব অসী ঐ হাংগে হায়খি। অদুমদী ওইরগ মুমিৎ ৫ নি অসি ঈচা- নীপা চিৎমা পোক্‌লুখিগে। ঈচানীপা চিৎম পোক্লগ মচাদি মমিৎ কূপ্‌. মনা হুম্‌লগ শুম্মাঙ্‌গি তিংথৌ অশংব লামহুন চারবদা শল্ লাব লাইমালব চিঙ্‌থং শনন লুপা লোঙ্‌খুম্‌ হুক্‌প মচীন হাইবব নুঙ্‌ন থিংলিব নুঙ্‌থোঙ্‌ অদু থঙ্গিক্‌ত ফাওব

খোঙ্ পোইরৈতোন্না খম্নুং কাউনা হয়্, শাবা নিন্না হয়পু কমি লৈপানো হায়্না পাউহংখিয়ে। খম্নুং মাকারিপা খুংথোংপা নঙ্তী খুং থোংলা-ও। মরুম্পী চাকারিপী খুংথোংপী নঙ্সুঙ্ খুংথোংলা-ও খম্নুং কাউনা হয়, শাবা নিন্নাহয়্পু পাউতম্লা-ও হায়্থারাপাতা ইচাংচাও কক্পাং লোন্চা সুংতা থোকাউলম্রে। খম্নুং তাকুপ্তাকাই-রাঙ্ নঙ্সুঙ্ তাইপঙ্ শকতোং মায়্থঙ্নাপা চাম্লও লাপোৎ শিঙ পোৎ ৫ থোকাউলম্লে। নঙ্সুঙ্ চাম্লওলাচেল্লুও, * খম্নুং হল্রাইরুও হায়না থোশীখিয়ে। খম্নুং তাকুপ তাকাইরাঙ্গ মথংলেন্ চাকারিপা খুংথোংপাকা অনীমাতী মথংলেন্না খোঙ কাপ্ নাওরৈমাপু হাল্লাপানিকিনা চাম্লও লাপোৎ শিঙ্পোৎ মঙা বায়থোকলকয়ে। মরুম্ তাঙ্কারিপী সুংশিপীতী খোঙ্কাপ নাওরৈমাপু কোল্লাপানিকিনা

---

লেঙ্দে। অদুগি মতুংদ সনা লোঙ্থুম্ ছকুপ রেৎথংব অথোইব মচীন হাইবদ নুঙ্ন থিংলিব থোঙ্ অদু শর্ লাউন তশেংন হাংদোক্ত্রে। খম্নুং মশিন্বীদি শন্দোক্ শন্দোক্ন থোক্লকলে। অদুগিদমক্ খম্নুং মশিন্বী কৌনখি। নবুথৌ লাইওইব চিঙখোঙ্ পোইরৈতোন্ন অশিব লৈবাক্ কাউনব হয়্ অশিব লৈবাক্ত খঙ্নব করম্ব হয়্ লৈবগে হায়্রন হংখি। যম লৈবাক্কি খুংথোংব মকারিব নঙ্ খুং থোংলোলাউ। অদুগ মাগি নুপী খুংথোংবী চাকারিবী নঙ্সু খুং থোংলোলাউ। খম্নুং কাউনব হয়্ অশিব লৈবাক্ত খঙ্নব হয়্রগি বা তম্লোলাউ হায়রবদ থুম্খি। চাংজও গুম্ব ফক্লাং মতুংদ লৈহৌরে, কাউরম্লে হায়রন্ থুম্লে। অদুগ খম্নুং তকুপ্ তাকাইরাঙ্ কৌব নঙ্সু তাইবঙ্পান্গি অচৌব মীগ শকথঙ্ মায়খঙ্নবদ

খৌজু নুঙ.খোঙ থিংপানা হান্‌ভাম্‌লে। মথংলেল-চাকারিপা খুংথোংপানা পান্‌তা খোং, মরম্‌ ভাঙ.কারিপী মুংশিপীতী মুংতা খোংনা থংলেল্‌.ও অনেন্‌ তক.ও নেতক্‌.ও। ভাম্‌তারিখোয়্‌ খোয়.পুওন্‌ মুংপু শিনা থাইনপা মখুয়োন্‌ খুৎপী কৌরোঙ.শু, খুৎচেং হংচি রায়.না আনেন্‌ তক.ও, নেতক্‌.ও ভম্‌তারিখোয় মুংপুশিনা থাইনাপা মখুয়ে নুনে। নুয়বা চিঙ-খোঙ্‌ পোইরৈতোন্‌না খুম্‌মারোঙ্‌ অথৌপা, মাইমারোঙ অকনপা নবিঙ্‌ভানা য়াংলও লম্‌তম্‌ চেম্‌ও * হায়.না য়াংলও লম্‌তম্‌ পাপু পাম্‌পা লম্‌কম্‌পা কৈরেল্‌ নাথেৎপনা য়াওচারে। চিঙ.খোঙ-পোইরৈতোন্‌না

---

মায়োক থাকম্‌ ওইনব লাপোৎ শিঙ্‌পোৎ ৫ পুব কাউরম্‌লে। নঙ্‌সু লা লওরু চৎলু, অশিব লৈবাকত হল্‌লু হায়ন্‌ খৌদাখি। থম্‌মুং তকুপ্‌ তকাইগ মপুরোয়ব চাকারিব ( চক্রিবা ) অনীদি মপুরোয়বন খোঙ্‌কাপ্‌ অম হান্‌জিন্‌খিবন লাপোৎ শিঙ্‌পোৎ ৫ লওথোক্‌লুরে। অদুগ মাগি নূপী তাংগ্রিবী মুংশিবীদি খোঙ্‌কম্‌ অম কোন্‌বদগি নুঙ্‌গি খোঙ্‌ থিংখিবন হান্‌খ্রে। মপুরোয়ব চক্রিবন মপান্‌দ খোংলগ মাগি নূপী তাংগ্রিবী মুং-শিবীন মনুংদ খোংলকঈ. মান্‌জ-ও; চিংখৎপিয়ু, চিংখৎপিয়ু। ঙম্‌দরবা পুক্লিঙ্‌ অসি পুক্লিঙ্‌ মুংশিন কায়নব তারব মফম্‌ অসিদ নখুৎ খুৎপীন কারোং শান খুজেং অচেংবদ পায়দুন চিং-খৎপিয়ু। মতাং অসি ঙম্‌দবাগীদমক পুক্লিঙ্‌ মুংশিন কায়নব তারবনি। ঈবুথৌ লাইওইব চিঙ্‌খোঙ্‌ পোইরৈতোন্‌ন খুম্‌মারোঙ্‌ অথৌবগ মাইমরোঙ্‌ অকম্বগ অনীদ হায়খি, নখোয় অনীন লম্বী চিংশেম্মু। মখোয়্‌ অনীন লম্‌ চিংডুন চৎপদ লম্বীদ কম্‌লম্ব নারক লুমলম্ব কৈন চাখ্রে। চিঙখোঙ

পাম্পা লম্কম্পাপু কনা থৌনাকাপানো পাওহংপাপু উরিৎ লোন্রাম্-লীচা য়াংপা শেয়াই কংচানা ইবুবা চিঙ্খোঙ পোইরৈতোন্ও, পাম্পা লম্কম্পাপু ঐ থৌনাকে। ইচীন্ কোন্ঙৌ হাইরৈ তোপ্পিও। চায়িন্ লওমুঙ্ লওমা তৈপিও। মুম্লাং লওসুঙ লওমা তৈপি ও। ঈকোক্ তাঙ্চা লিন্‌নু মানবিও। ঐ পাম্পা মনা পায়না থৌনাকে হায়্না কোয়ও থম্নোং থোং, য়াঙ্পন্ নৈমা লাউনোংথোংপু তম্না পাম্পা মনা পায়্না থৌনাপাপু ঙমতাখিয়ে। পাম্পা লম্কম্পাপু কনা থৌনা-লিপানো পাওহংপাপু ঈপুয়োয়্ অমুতোন্ লেবাপানা ইবুবা চিঙ্খোং পোইরৈতোন্ ও পান্পা লম্কম্পাপু থৌনাক। ঈরৈ তোন্কা ওক্পি ও। ঈশা তোন্কা লাংপিও ঈকোক্ কোন্কা লীক্কা শিপি ও। ঈথোঙ্ থাবাল্ কোয়োঙ্ মান্পি ও। পান্পা লম্কম্পাপু ঐ থৌনাকে। ঈপুয়োয়্ অমুতোন্ লেয়াপানা পান্পা মনা পায়্না থৌনাপাপু ঙম্-

---

পোইরৈতোন্‌ন লম্বী থৎলিব কৈ অসী কনান থেংনগদবগে হায়ন হংখি। মাহুদ উরিৎ লোনয়াম্বৈগি মচা য়াংব শেয়াই কংগি মচান খুম্লম্ঈ, লাইওন্ব ইবুধৌ চিঙ্খোঙ পোইরৈ-তোন্ও, লম্বী থৎলিব কৈ অসী ঐ থেংনগে। ঐগি ঈচান্দ কোন্ঙৌগুম্ তোপ্পিয়ু। ঐগিদমক চায়িন্ লওসু লওকম অম তোপ্ল থম্বিয়ু। অদুগ মুম্লাং উব লওফম্সু অম থমবিয়ু। ঈকোক্ন লিলগি মকোক্ মান্ন শেম্বিয়ু। ঐহাক্ লম্বী থৎপ কৈ অসী মনা পায়্দুন লাল্থেংনগে হায়্দুন চঙ্খ্রগ কৈগি মনা পায়্দুন তান্থোক্লুববু ঙম্খিদে। লম্বী থৎলিব কৈ অসীবু কনান থেংনগবা হায়ন পাওহংববু চোঙা অঙাঙ্ব অমুদোন্ লেয়াবন হায়্খি। হে ঈবুধৌ লাইওইব চিঙ্খোঙ্ পোইরৈ-তোন্ ও লম্বী থৎলিব কৈ অসী ঐহাক্ থেংনজগে। ঈরৈ

তাখিযে। ইযুবা চিঙ্খোঙ্ পোইরৈতোন্না পান্পা লম্কম্পাপু কনা থৌনাকাপানো হায়্না পাওহংপাপু পোন্পী চিঙ্ চায়োয়্ অমুপানা ইযুবা চিঙ্খোঙ্ পোইরৈতোন্ ও, ঐপু ঈখোঙ্ থারাপ্ কৌয়োঙ্ মান্পি ও। ঈমৈ বায়বা শেংকম্ মান্পিও। ঈহাক্ কিমু নৈরম্ শীবিও, ঐ পান্পা মনা পায়্না থৌনাকে হায়্পাপু ঙম্তাখিযে। চিঙ্খোঙ্ পোইরৈতোন্না পান্পা লম্কম্ পাপু কনা থৌনাসিপানো হায়্না পাওহংপাপু লাংপাল্ খোইবাপা খোইমাং থাঙ্চেঙ্পা, খোইচীক্চেং থাঙ্খুপা ঙাল্লেল্ চাক্হোন্পা, খোইঙাল্ য়ুঙংপানা ইযুবা

---

মৈতোন্ অসী ককপিয়ু, অদুগ ঈশা মতোম্দ লাংহনবিয়ু। ঈঙক্ত কোন্গ লীক্ক শিজিন্বিয়ু ঈখোঙ্ খোঙ্শা অসী কাচি কায়োঙ্ মাল্হন্বিয়ু। ঐহাক্ লম্বী থংতুন ফম্লিব কৈ অসী থেংনজগে অসী হায়রম্লগ চোঙা অঙাঙ্ব অমুদোল্ লেরাবন কৈ মনা পায়্থুন তানথোকপবু ঙম্খিদে। ঈযুবা চিঙ্খোঙ্ পোইরৈতোন্ন লম্বী থংতুন ফম্লিব কৈ অসী কনান থেংনসিগে হায়ন হংবদ ঊচেক্ চিঙ্ চয়োয়্ অমুবন হায়্খি, ঈপু চিঙ্খোঙ্ পোইরৈতোন্ ও, ঐহাক্ কৈ অসী মনা পায়থুন তান্থোক্কে। ঐগি ঈমৈ অসী কায়োঙ্ শাবিয়ু, ঈশা পুম্ব ফিমু অমুব কুপ্পিয়ু। অসি হায়থুন কৈ মনা পায়থুন তান্বদ ঙম্খিদে। চিঙ্খোঙ্ পোইরৈতোন্ন পান্বা লম্বীদ ফম্লিব অসী কনান থেংনগদগে হংবদ লাংবন্ থাগি খোই লাব মখাঙ্ চেংব, খোই চীকপা থৌব মখাঙ্ চেংব ঙারেল্ খোই চাকহোন্ব য়ুঙংব খোইঙান্ন হায়্খি, ঈযুবা চিঙ্খোঙ পোইরৈতোন্ও, ঐগি ঈকোক্ অসী লিল্ মকোক্ মাল্হন্বিয়ু। ঈখাঙ্দ অনৌব চামেনগ য়াইওংগাগি মচু মাল্হন্বিয়ু ঈনিঙ্দ য়েংতুম্ঙম্ লেংবিয়ু।

চিঙ্খোঙ্ পোইরৈতোন্ও, ঈকোক্ কক্চাক্ লিন্নু মান্পীও। ঈথ্বাঙ্ শীনৌ মেন্কা রাইকা তোপ্পি ও। ঈনিঙ্ রোংতুন্ চারম্ লেংপিও। ঐ পান্পা তুরক্ থায়্না চয়্পীকে হায়্না পাওরাখিরে। তাল্লেল্ রুতংপানা পান্পা তুরক্ থায়্না চয়্পীথারাপাতা পান্পা খোংতুম্ খোংনাতুম্ চেন্খিরে। তু-খোংলোক্ও থোন্নারে। কৈরেল্ লাউতুম্ লাউনা চেন্খিরে, তুরাউ লোক্ও থোন্নারে। পান্পানা পেংনা চাইনা চেন্খিরে, কৈরেল্ পেংপী রোক্ও থোন্নারে। নয়ুরা চিঙ্খোঙ্ পোইরৈতোন্না চফু ৫, ঈবাল্ ৫, থাবয়্ চাকোৎ ৫, লোঙ্না কাইনা খোংলম্রে। অতু নোংকি তেল্লোঙ্ লম্মাপাক্ও থোন্নারে। ঈয়ুরা চিঙ্খোঙ্ পোইরৈতোন্না পাওমেন্খিরে। মরীম্ খোংনাং ময়াং ওইগতাপা নঙ্তি থাঙ্শাং ওয়্রব্ হুদ্ কা য়াচু শায়্, মোইপুঙ্ পোংতম্ শেম্, লীক্কোল্ থাউচো রান্না খোংনাং লওমল্ লাংতা কোয়্-

---

ঐহাক্ কৈগি তুরক্ চঙ্লগ য়য়্গে হায়ন রাখি। য়ুতংব তারেং খোইন কৈ অদুগি তুরক্ চঙ্‌তুন চৌরবদদী কৈ অদু খোংন খোংন চেন্‌থ্রে। অদুগিদমক্ তূখোংলোক্ থোন্নখি। অথোইব কৈজাউ অদু লাউন লাউন চেন্খি হায়্বাগি তূরাউরোক্ কৌনখি। কৈ অদুন রাথন্ ইচোই চোইন চেন্খি হায়বগি কৈরেল্ পেংবীরোক কৌঈ। নবুখৌ চিঙ্খোঙ্ পোইরৈতোন্‌ন চফু মঙা, ঈরাল্ মঙা, থাবয়্-চাকোৎ ৫ লোঙ্ন পায়হন খোংই। অদুগিদমক্ লেলোঙ্ লম্মা পাক্ও কৌনখি। ঈয়ুবা চিঙ্খোঙ্ পোইরৈতোন্‌ন পাওতাক্ পীখি। মাদুদী ময়াং ওইনিঙ্‌ব নঙ্দি ওয়্রোম্‌দ থাঙ্শাং রাল্লো, নয়াদ থা শায়্রো, মোইবুঙ্গি পাপোৎ শেয়প

নাখিও। তখেল্ লাংনং ওইকাতাবা নঙ্তি পাশোং কোইতং শেং, থাঙশাং ওম্ রম্ হল্না কোইনাখিও। মরাম্ শেন্পী কপো ওইকাতাপা নঙ্তি নচুপা শেন্থেংনা নাবাইরেল্ খুংশানা, নপারি অমা শাংলাপতি উকাক্ কোক্থোং তুপ্না কোইনাখিও। নমোম্ অমা হুম্রাপাতি মাচুং মান্সু শেংনা কোইনাখিও। চাকোং তাংখুল্ ওইকাতোপা নঙ্তি চম্রৈ শেংকম্না মাল্লও য়ুংচিংনা, মাইরী থাঙ্খোম্না কুরাউ কাল্লং থাং, থাঙ্লেল্ নামৈ য়েপ্, বাক্তোং নাশিনা শারু কৈথেংনা, ককচাক্ শম্-খোম্না, শঙ্তিঙ্ লালমৈ থেম্না কোইনাখিও। তারাউ, তারাং, মরিং, খোইপু ওইকাতোপা নঙ্তি নামাঙ্ কিমু কারেংনা শিঙ্তুম্ লুমোয়্ থেংনা কোইনাখিও। কাপুই লম্শাং ওইকাতোপা নঙ্তি

---

লীকোলগি থাউজাউ য়ানহুন ময়াং লৈবাক্ত কোয়্রো। তখেল্ লাংনং ওইনিঙ্ব নখোয়্ন ফৈজোম অচৌব শেংলগ, ওয়রোম্দ থাঙ্শাং য়াল্লগ চৎরো। অতুগ কবো ওইগদব নঙ্দী শিংকেংনব ( ক্ষুরনা ) নচুবা কোক্থোক্লো; নশম্ন লবাইদ পুল্লো, নচা নীপা পোক্লগ উকাক্কি টুপী তুপ্তুন চৎখিসনু। নচা নুপী পোক্লগ ফনেক্ কিরোল্ শেত্তুন কোয়খিসনু। তাংখুল্ চগোং ওইগদব নঙ্দি ফৈজোম্ পৈন শেংলো ইনফি য়ুংন ইল্লু, খুবোম্দ মাইরী মকোল্ য়েংলু। কুরাউন কাল্ মান্ব থাঙ্-খুম্ য়াল্লগ থাঙ্ন নামৈদ য়েপ্তুন ননাদ উতোং চিল্লো, নকোক্ত শরু কৈন থেংলো, পয়ান নশম্ পুল্লু মাহুন লৈতেং ওইন কোয়্রো। তরাউ, মরিং, খোইবু ওইগদব নখোয়ন লুমাংদ কিমূন কাহুন য়েংলু, অতুগ শিঙ্তুম্ন নকোক্ত থেংলগ কোয়খো।

চিন্থি থানীহ্না চয়্নৈ নোংয়ৌনা লাইথঙ্ হুয়্যোম্ শানা কোইনাখিবো। থায়ম্ মাহুং ওইকাতোপা নঙ্তি মেয়্হু নুশক্ ওইনা শম্লাং তাঙ্চা তুংতায়য়্, পাইপোম্ নাক্ৱোই শেল্ শাবুল্ নুহুপ্না কোইনাখিও। চক্পা তাংপা ওইকাতোপা নঙ্তি লংহৌ তাপুন্ চিন্না কোইনাখিও। কেকে মোইরাং ওইকাতোপা নঙ্তি তোম্শোল্ লুয়োয়্ থেংনা কোইনাখিবো। মরীম্ পোইরৈ মৈতৈ ওইকাতোপা নঙ্তী নাময়াম্মা ঙাইপাপৃতী লাক্ৎ লয়্না থা-ও। হেপু ঙাইপাপুতৌ কীপুল্ লায়্না থানা য়োয়্চায়্না-ও। অম্মম্না পাওমেন্খিয়ে। অতুনোংকিপু মহৌ চানালোক্-ও থোব্নায়ে। লম্লেপ্ মতাইমা লোইপী থুহুং শৈঙ কৌপাতী কতৌ-নোংকিনো? চিঙ্খোঙ্ পোইরৈগোন্না খুহুং পাউতাকৃয়ে। য়াই-

---

কবুই লম্ শাং ওইগদব নখোয়্দি চিন্কি কমেক্ শেৎলো, কিন খজিন্দ শেৎলু লাইথাঙ্ চয়োম্ শান পায়্চুন চৎথ্রো। থারম্ মাম্নুং ওইগদব নখোয়্ন নূপী মশক্কুম্ নশম্ শম্জি তুংদ পুল্লু পাইতু নাকল দ য়েয়্লগ শবুল্ লুহুপ্ উগুন চৎথ্রো। চক্প তাংব ওইগদব নখোয়্ন নমাদ লংহৌ মপুল্ চিল্লগ চৎথ্রো। কেগে মোইরাং ওইগদব নখোয়্দি নকোকৃত শম্জিন চিন্ন কোইরু চৎলো। পোইরৈ মৈতৈ, ওইগদব কাঙ্বুন নথক্ থোংব মী লাক্পদ লফুৎ থাও ( অচম্ব ফিদা থাও )। অদুগ কম্নাই কানাইব লাক্পদ কীবুল্ ( কিগি ফিদা ), থাদুন চায়ব উৎলু। অম্নুম্ তোন পোইরৈতোন্ন তাকৃখি। তুমিং অদুদ ময়ম্ অদুগি দমক্ মহৌ চানলোক কৌখি। অখোইব লম্ অমদ থুহুংশৈ চিঙ্কৌবদি কয়িদগিনো? চিঙ্খোঙ্ পোইরৈতোন্ন থায়্নগিবা তাকৃখি, থাইথাঙ্ শা হুন্লি, শিবগি মংদ তৌব হৌনব

থোঙ্ শা হুন্‌য়ে। হাওশি মংথিন্‌লে। বাংলেন্ পুঙ্‌হৌয়ে। য়াইথোঙ্ নানম্ শকৃয়ে। অতুনোংকিপু লোইপী খুন্নুং শৈ ও তৌনা কৌয়ে। লোইপী খোঙ্‌থিল্ পুঙ্ও কৌপাতী কতৌ নোংকিনো? ঈয়ুবা চিঙ্‌খোঙ্ পোইরৈতোন্‌না মপারি খাইনা য়াম্, মমোম্ তোক্‌না হক্‌লাপাকিভমক্ শম্ন খোঙ্‌গ্রু থীন্‌না মীকপ্‌লম্‌য়ে। অতুনোংকিপু লোইপী খোঙ্থীন্ পুঙ্ও তৌন কৌয়ে। হেম্‌পা মতাইমাতী মরেম্ য়াংহন্ চিঙ্ও কৌপাতী কাতৌ নোংকিনো? ঈয়ুবা চিঙ্‌খোঙ্ পোইরৈতোন্‌না খুন্‌পী পোংমাহন্, খুন্নুং য়োম্‌চাখা চাখা অরিপাকা মতৈমা লৈমা লৈনাউতাপী খুন্নুং ঙান্‌পা মাপু নিংথৌ চনুকা মপারি চাখা খোংহন্‌পা, শাকাং য়াম্‌মাপগ কাঙ্‌তোন্ লৈনাউপা, লৈশং খেক্‌রায়্‌পা, মমোম্ খায়োম্ হুরাহন্ হাওচেং লাংমৈনু হুইয়াই কোংতিংনু অহন্‌পীকাপু খম্‌লৈ মীনুংকোন্ শারা মী-খূয়োন্‌কি করম্ য়াঙ্‌না হন্‌রাইরক্‌পনো? অতুনোংকিপু

---

থবক্ তৌখি, পুঙ্ য়ৈদুন য়াইথোঙ্ নানম্ শকখি। অদুগিদমক্ খুন্নুংশৈ চিঙ্ কৌঈ। অদুগ খোঙ্‌থিল পুঙ্ চিঙ্ কৌবদি করিদগিনো? ঈবুধৌ চিঙ্‌খোঙ্ পোইরৈতোন্‌ন মচানীপা য়াম্‌ন শিব, মচা নূপী য়াম্‌ন খায়্‌নবগিদমক্ মশান মখোঙ্ থীন্‌দুন কপ্‌লম্‌ঈ। অদুগিদমক্ খোঙ্‌থিল্ পুঙ্‌চিঙ্ কৌঈ। হাওখুল্ অতোপ্প অমদী মরেম্ য়াংহন্‌চিঙ্ও কৌবদী করিদগি কৌখিবগে? ঈয়ুবা চিঙ্‌খোঙ্ পোইরৈতোন্‌ন খুল্ শেম্ব মী অহল্ ওইব, অরিব য়োক্‌প চাখা অরিবগ মতৈলৈম লৈনাউভাবী খুন্নুং ঙান্‌ব মপু ওইব নিংথৌ মচানূপীগ মচানীপা চাখা খোংহন্‌ব শগাং য়ায় মপা, কাঙ্‌দোন্ লৈনাউব লৈশং খেক্‌রায়ব কৌবগ মচানূপী খুমল্ চনু অহন্ হাওচেংলাংমৈনু হুইরাই কোংতিংনু অহন্‌বীগ অনীবু অশিবগি লৈবাক্ অশিবগি মরক্তগি করম তৌন থুন

মারেম্ য়াংহন্ চিঙ্ও তৌনা কৌয়ে। লোইপী অন্পাই পুঙ্ও কৌপাতী কাতৌনোংকিনো? ঈয়ুবা চিঙ্খোঙ্ পোইরৈতোন্কি কাইরৈ ময়েন্ চাপু অমন্ শীথিন্নাকে হাৎনা শামু খৃৎতা পায়পাপু পাইখিরে। মায়ীম্ খেন্পী মরেম্না য়েন্পুতী অরাংও কৌয়ে। অতুনোংকিপু লোইপী অন্পাই পুঙ্ও তৌনা কৌয়ে। লোইপী মতাইমাতী হেম্পা থাংলাংমৈও কৌপাতী কতৌনোংকিনো? ঈয়ুবা চিঙ্খোঙ্ পোইরৈতোন্না বাংলেন্ মপুঙ্পু থাংনা থাংনা য়ম্রময়ে। অতুনোংকিপু হেম্পা থাংলাংমৈ (পুঙ্) ও কৌনা কৌয়ে। লোইপী ঙম্থংনপা অমাতা ঈয়ুবা চিঙ্খোঙ্ পোই-রৈতোন্ন মরল্ মথুম্মাপু য়োল্লময়ে। অতুনোংকিপু থায়োন্ও তৌনা কৌয়ে। পোইরৈতাপা থিপানা থারোন্ও তৌনা কৌয়ে। হেম্পা মতাই-

---

(য়াঙ্ন) হল্লক্লিবনো? অম্মন হায়্খিবদগি মারেম্ য়াং হন্চিঙ্ও হায়ন কৌখি। অন্পাইপুঙ্ হায়্ব চিঙ্ অসীন করি তৌবদগি কৌখ্রিবনো? ঈয়ুবা চিঙ্খোঙ্ পোইরৈতোন্ন মাগি য়েন্বু অশিবগিদমক্ থাগে হায়্দুন মখৃৎত পায় বদগি পাইথোক্-খ্রে। কবোগি মরেম্ খুন্ন য়েন্বু অরাং কৌঈ। অদুদগি চিঙ্ অদুবু অন্পাই পুঙ্ কৌখি। অতোপ্প চিঙ্ অমদি হেমবা থাংলাং মৈ কৌবদি করি তৌবদগি কৌখিবনো? ঈয়ুবা চিঙ্-খোঙ্ পোইরৈতোন্ন মহাক্কি পুঙ্ থাঙ্দুন য়ম্রম্ঈ। অদুগি-দমক্ হেম্বা থাং-লাংমৈ হায়ন কৌঈ। মাদুগ লেক থংনব চিঙ্ অমদি ঈয়ুবা চিঙ্খোঙ্ পোইরৈতোন্ন মশোং মচম্ পুম্নমক য়োল্লম্ঈ হায়দুন মকম্ অদুবু থারোল্ হায়্ন কৌঈ। অদুদগি হায়রক্পন থারোল্ হায়ন্ কৌনখি। অতোপ্প চিঙ্ অমদি লোইবী পাল্কৌ চিঙ্ কৌবদি করি তৌবদগিনো? ঈয়ুবা চিঙ্খোঙ্

মাতৌ লোইপী পান্‌ফৌ চিঙ্‌ও কৌপাতৌ কতৌনোংকিনো? ঈয়ুবা চিঙ্‌খোঙ্‌ পোইরৈতোন্‌না চয়বৈ ময়িন্‌ফিপু কোরও নোংশামৈতা ফৌয়ম্‌য়ে। অতুনোংকিপু লোইপী পল্‌ফৌচিঙ্‌ও তৌনা কৌয়ে। নম্‌লেল্‌ মতাইমাতৌ খোংকল্‌ লোকও কৌপাতৌ কতৌনোংকিনো? ঈয়ুবা চিঙ্‌খোঙ্‌ পোইরৈতোন্‌না তাউপা মহুম্‌চাপু অমন্‌ শীবোন্‌নাকে হায়্‌না য়াংলৈ কঙ্‌কা থাংনা পুপাপু তাউপা খোংকল্‌ লাউকল্‌লে। অতুনোংকিপু খাংখল্‌ লোক্‌ও তৌনা কৌয়ে। লোইপী মতাইমাতৌ আসাইঙৈকি য়াংলৈ তাউপা মহুম্‌পু তাউপা হুম্‌রু ককনা য়াল্‌লম্‌য়ে। অতুনোংকিপু হুম্‌রুয়াল্‌ও কৌয়ে। হেম্‌পা মতাইমাতৌ ঈয়ুবা চিঙ্‌খোঙ্‌ পোইরৈতোন্‌না লৌরৌপু কারৌও, তেন্‌পু কাতেল্‌ও কৌয়ে। অতুনোংকিপু কারৌ তেন্‌তোংয়ান্‌ও তৌনা কৌয়ে। মারেম্ মতাইমাতৌ ঈয়ুবা চিঙ্‌খোঙ্‌ পোইরৈ-

---

পোইরৈতোন্‌ন মান ইন্‌নব ফিবু হুমিৎকি নোংশা মৈদ ফৌরম্‌ঙ্গৈ। অদুগিদমক্ মক্ষম্ অদুবু লোইপী পাম্‌ফৌ চিঙ্‌ কৌখি। অদুগ অতোপ্প অথোইব লমবু খোংকল্ লোক্ হায়ন্ কৌখিবদি করিদগি কৌখিবনো? ঈয়ুবা চিঙ্‌খোঙ্‌ পোইরৈতোন্‌ন মহাক্‌কি হুয়্‌বু অশিবগি মথৌ তৌনগে হায়দুন হুম মঙক্‌ত হুয়গঙ্‌ থাংলগ পুবদ হুয়্ অদুম য়ামুন খোংন লাউন তৌঈ হায়্‌দুন মক্ষম্ অদুবু খোংগাল্‌লোক্ হায়্‌ন কৌনখি। অতোপ্প চিঙ্‌ অমদৌ অহান্‌বদ হায়্‌খিব মহাক্‌কি হুয়্ অদুবু মরূ কক্‌থৎলগ য়াল্‌লম্‌ঙ্গৈ হায়্‌বগিদমক হুয়রুয়াল্ কৌঈ। চিঙ্‌ অতোপ্প অমন ঈয়ুবা চিঙ্‌খোঙ্‌ পোইরৈতোন্‌ন লৌরৌবু কারৌ কৌঈ। তেন্‌বু কাতেল্ কৌঈ। অদুগিদমক্ লম্ অদুবু কারৌ তেন্‌তোংয়াল্ কৌঈ। লম্ অমন চিঙ্‌খোঙ্‌ পোইরৈতোন্ লম্ অদুদ লৈব মৌন মশক্ খঙ্‌দবগি

তোন্পু মরীম্ লোইপী মারেম্না চেংলও শকৃথঙ্তাম্রাপাকি লায়্না খায়্না লৈঙাম্মে। অতুনোংকিপু লাইচম্ও তৌনা কৌরে। চিঙ্খোঙ্ পোইরৈতোন্না লোইপী মপাচাকা লেপ্না খিন্না হায়্নারমরে। কোয়ও নুমিৎ ৫ নিপু লেক্লমমে। অতুনোংকিপু তুরেক্ও থোন্নারে। খায়ম্ মতাইমাতী লোইপী খালায়্পুঙ্ও কৌপাতী কতৌনোংকিনো? ঈয়ুবা চিঙ্খোঙ্ পোইরৈতোন্না মপারি খাইনায়াম্ মযোম্ তোক্না হল্লাপকি তমক্পু মতৈ লৈমা লৈনাউতাপীপু বাওইখিরে। মীতৈ লৈমা লৈনাউতাপী ও, নঙ্তৌ য়াশাপী লৈমুং থোঙ্ভারেল্ অহন্পাতা তাল্লোয় অথূপী, লূম্লেল্ অতোন্পী অহিং তড়া চাথোৎপী নোংথিল্ শংলও থেল্-লাংপীপু ওইরে হায়্পা নৎতপ্রা? চাখা চিঙ্মৈ শাংতা পান্পা য়েন্ মোরি শন্থোঙ্ চিঙ্তা রোঙ্পা য়েন্, শন্থোঙ্ তাইমায়েন্, আথোম্

---

থৌওইদন লায়্ন লৈথোকঈ হায়বগিদমক লম্ অদুবু লাইচম্ হায়ন্ কৌখি। চিঙ্খোঙ্ পোইরৈতোনন চিঙ্গি মপা মতোন্-শিংগ লেপ্লদুন নুমিৎ ৫ নি লৈনব হায়নদুন নুমিৎ ৫ নি লেকতুন লৈখিবগিদমক্ লম্ অদুবু তুরেক্ কৌনখি। খায়মচিঙ্ অমদি খারায়্পুঙ্চিঙ্ কৌবদি করি তৌবদগি কৌবনো? ঈয়ুবা চিঙ্-খোঙ্ পোইরৈতোনন মচানীপা শিব য়ামুলকলব, মচানুপী কায়্-নব য়ামুলবগিদমকত মতৈম লৈম লৈনাউতাবীবু বারৌখি। মহাকন হায়্খি, ঈতৈম লৈম লৈনাউতাবীও, নহাকতি ঈয়াম্ব লৈমুং থোঙভারেল্ অহন্বদ নুপী অতোম্বী, য়ামন নুংশিবী নুপী অতোম্বী অহিংদ অথোৎপা চাক্ কুম্বী, নুংথিন্দ মনা মশিঙ্ অহাউব য়েন্শাং থিবীনি হায়ব নত্রা? চাখা চিঙ্মৈশাংদ পান্ব নীপী, অদুগ মোরি কৌব শন্থোঙ্ চিঙ্দ হওব নাপী (হিদাক্)

শিঙ্ঙৎ য়েন্ নারাপাস্থঙ্ শিতায়েন্, শিরাপাস্থঙ্ পুম্তা য়েন্পু করিগি থোকাউবম্পানো ? পারি খাইনয়াম্, ঈমোম্ তোক্না হক্লে। য়ীপীঙাস্থঙ্ খাইনাকাপ্রা খঙ্তে হায়্না তড়েৎ থোয়্তোঙ্পা শেন্চাউ পাল লোংপাপু লোন্ন ফুম্লময়ে। অতুনোংকিপু শেল্লোয়্ খালোল্ পুঙ্ও থোন্নায়ে। চিঙ্খোঙ্ পোইরৈতোন্না লে ইপী মপাচা হেম্পা ময়েল্লুপু উকানে হায়্না লয়্না লান্ চৎলম্য়ে। অতুনোংকিপু কোয়্রেং লৈরুম্লেন্ও থোন্নায়ে। হেম্পা শীরাংতাক্ও কৌপাতী কতোনোংকিনো ? চিঙ্খোঙ্ পোইরৈতোন্না চিংপুরোয়্ লাংবোল্লকপতা কোরও নমিৎমানা পাখং চামানা লোংহাম্পা, নুরা চামানা কীপুন্ লুতা থোংনা ফকলোং নাকতা য়েপ্না খমুং লাংবোন্পা শম্বোঙ্ তাইময়েল্, অখোম্ শিঙ্ঙ্ওৎয়েন্ হায়্রব হিদাক্ নারব মীদ থারগ শিদব, অশিব মীদ থারগ পুম্দব হিদাক্ অদুবু করিগি কাউরম্লিবনো ? হৌজিকতি ঈচা নীপা য়াম্ন কাইনরে, ঈচানুপী শিব য়াম্লে। ঐখোয়্ অনীস্থ খাইনগব্রা খঙ্দ্রে হায়দুন মখোয়্ তোঙ্ব শেন্পুঙ্ মনা শোঙ্ব অচৌব শেন্বু লোন্ন ফুম্লম্য়ে হায়্রবগিদমক্ শেল্লোয়্ খালোল্ পুঙ্ কৌনৈ। চিঙ্খোঙ্ পোইরৈতোন্ন চিঙ্মী মপা মতোন হেম্বা মাগি কাঙ্বুবু উগনি হায়্বগি লয়্না লান (খুপ্তুন কোইন্) চৎলম্ঈ। অদুগিদমক্ কোয়রেং লৈরুম্লেল্ থোন্খি। হেম্বা শীরাংতাক্ও কৌবদা করি তৌবদাগি কৌখিবনো ? চিঙ্খোঙ্ পোইরৈতোন্ন চিঙ্ অকোয়্ব অসী থিব কোয়্রকপদ নোংমদি পাখং চাম চাম শিব, লৈশাবী চাম চামন কি ময়োম্ কোকথোং নারগ নাকন্দ ককুলোং য়েপ্তুন শিরকপ অদুগ শিদুন অশিবগি লৈবাক্ লাক্পগ থেংনরে। লৈম লৈনাউতাবীন শানৌ ঐখোয়্

শাৱা পন্কেন্পাগু লম্বোক্নারে। লৈনাউতাপীনা শানৌ য়াপীঙডানা লোইপী শিতাপা হেমপা নাতাপাগু খুনথিপাপু অমন্ শীকুম্পা তুম্ লম্-বোক্নারে হায়্না শোল্লম্মে। অতুনোঃ কিপু শীরাংও তোনা কোয়ে। মারেম্ মতাইমাতী লাংতে লওমল্লাংও কোপাতী কতোনোং-কিনো? চিঙ্খোঙ্ পোইরৈতোন্না চিঙ্পুরোম্ লাংবোল্লক্পাতা য়াংলৈ তাউপা মহুম্চাপু খাংলী থোথাংলাং, শানন্ ফুপাক্ লাংতা থুর-ওরে। চিঙ্খোঙ্ পোইরৈতোন্না অনৌপা হননা লওরম্মে। হয়ি-ঙৈতা হল্লক্পাপুতী তেরক্পা ও তোনা কোয়ে। অতুনোংকিপু লাং-তে লওমন্ লাংও তোনা কোয়ে। হেম্পা মতাইমাতী য়ীয়ুৱা চিঙ্খোঙ্ পোইরৈতোন্না চিঙ্পুরোম্ লাংবোল্লক্পাতা চংপী লাপুন্শী পুন্নং লায়োন্পু পুন্নং লাথন্ তৈনা পোক্লম্মে। অতুনোংকিপু চংবী লোন্ও তোনা কোয়ে। চিঙলোন্ নাপামমাতী য়ীয়ুৱা চিঙ্খোঙ্ পোইরৈতোন্না

---

অনীন শিব নাইদব চিঙ্নাদব চিঙ্থিরক্পবু শিদুন চৎপ মীদুম্ থেংনরে হায়্ন শোল্লমঈ। অদুদগি শীরাং হায়্ন্ কোনখি। চিঙ্গি লম্ অমদি লাংতে লওমল্লাং কোবদা করি তৌবদগি কোখিবনো? চিঙ্খোঙ্ পোইরৈতোন্ন চিঙ্ পুন্নমক্ মপু ওইগে হায়্ন্ লাক্পদ মহাককি হুয়্ অদু মীন শাব হাইকৎলাং শানন্ লাংদ (উতৃপ্ন ফূবলাংদ) থুহোরে। চিঙ্খোঙ্ পোই-রৈতোন্ন অমুক্ হনদুন নৌন লওরুই। সত্য যুগত কল্লক্পবু তেরক্প কোঈ। অদুগিদমক্ লাংতে লওমল্লাং কোনখি। অতোপ্প চিঙ্ অমদী য়ীয়ুবা চিঙ্খোঙ্ পোইরৈতোন্ন চিঙ্ পুন্নমক্ কোয়রক্পদ চংবীলা পুন্শিব অনৌব লায়োন্বু অনৌব লা তোপ্প পোক্লম্ঈ। অদুগিদমক চংবীলোন্ কোঈ। চিঙ্গি অতোপ্প নাপোম্ (চিঙ্শা) অমদী ঈয়ুবা চিঙ্খোঙ্ পোইরৈ-

চংশী লাশেৎ ফাষে পুন্নুং লাম্লাক্ শেৎনা চাম্লও লাকোল্ শানা য়োল্লম্‌মে। অতূনোংকিপু লাকেলফা ও তৌনা কৌয়ে। লম্লেল্ মতাইমাতী য়ীয়ুব্বা চিঙ্খোঙ্ পোইরৈতোন্না চিঙ্পু য়োয়্ লাংয়োল্লক্পাতা ঙাংঙোই য়োম্মোংপা তূতওকোল্ তুরেল্ মোংপা য়ীপু কৈনা তূপ্না লাইচা য়ীরাল্লক্পাতা হাম্বিঙৈনা লাইচা অথেন্পাপু আশন্পাও কৌয়ে। লাইচা আশন্পাতা লাল্লকয়ে। অতূনোংকিপু য়ীশল্ মহিথেল্ও তৌনা কৌয়ে। চিঙ্খোঙ্ পোইরৈতোন্ য়ীরান্ ফম্নে। নোংপোক্ মতাইমাতী পাল্লু লৈময়ায়্ও কৌপাতী কতৌনোংকিনো? চিঙ্খোঙ্ পোইরৈতোন্না মতৈ লৈমা লৈনাউতাপীপু য়ারোইখিয়ে। শাপি য়ীতৈ লৈমা-ও, শন্থোঙ্ তাইমায়েন্, অখোম্ শিঙ্ঙ্ৎয়েন নারাপাসূঙ্ শিতায়েন্

তোন্নন চংবী লাশি লাফেৎ পুল্লি। অদুগ অনৌব লা মরাক্ শেৎতূনা লাকোল্ শারন্নন য়োল্লমঈ। অদুগিদমক্ লাকোল্ফা হায়্নন কৌখি। অতোপ্প লম অমদি ঈয়ুব্বা চিঙ্খোঙ্ পোইরৈতোন্নন চিঙ্ অপুম্ব কোয়রক্পদ ঙাংঙোই য়োয়্মোংবন তুরেল্ তওখিব মফম্ তুরেন্দ য়োয়্মোংবন ঈরূপ্খিব (মোংব) ঈশিং অদূ তুবৎ শম্ম ঈশিং লাল্খি। সভ্য যুগত ঈশিং অথেন্ববু অশন্ব কৌঈ। ঈশিং অশন্বদ (অথেন্বদ) লাল্লকঈ। অদুগিদমক ঈশাল্ মহীথেল্ হায়্নন কৌঈ। চিঙ্খোঙ্ পোইরৈতোন্গি ঈরাল্ফম্নি; নোংপোক্লোম্গি মফম্ অমদি পল্লু লৈময়ায়্ কৌখিব অসীনা করিদগি কৌখিবগে? চিঙ্খোঙ্ পোইরৈতোন্নন মতৈম লৈম লৈনাউতাবীবু য়ারোখি। শাবি ঈতৈম লৈমও, নহাকন শম্থোঙ্দ হওব তাইময়েন্, অদুগ অখোম্

শিরাপাসুঙ্ পুমতা য়েন্‌পু নঙ্‌না থোকাউরম্‌লাপাকিপু পারি চাথা খোংহন্‌পা সকাংয়াইথাপা কাঙ্‌তোন্ লৈনৌপা, লৈশং খেক্‌রায়পা, ঈমোম্ খায়োয়্ নুরাহন্ হুইয়াই কোংতিংনু অহন্‌পী হাওচেং লাংমৈনু শাকাপীপু খাইনারে। শাপি য়ীপিঙ্‌ঙাসুঙ্ খাইনাকাপারা খঙ্‌তে। মপারি মমোম্ অনীমাপু পন্‌না পন্‌না কপ্‌লম্‌য়ে। অতুনোং-কিপু পললু লৈমায়্ ও তৌনা কৌয়ে। শেন্‌পী মতাইমাতী থেংয়া চাঙোলোক্‌ও কৌপতী কতৌনোং কিনো? য়ীযুরা চিঙ্‌খোঙ্ পোইরৈতোন্‌না য়োংপী চয় শু মথৌকুম্‌না নোংপোক্ তম্‌পু কেন্‌না শেন্‌পী শিদবা কবো নাতাপাপু লৈরিকাপাবা হায়্‌না খুন্‌থিরক্‌পাপু চক্‌পা কয়্‌তোং হাও পাখংপা শিঙ্‌চঙ্ লেংতা থোংপা পামেল্ তংখায় লওপতা পাওহংখিয়ে। চক্‌পা কয়্‌তোং পাখং পা-ও, মৈপী তাকোংই

শিঙঙ্‌ৎ য়েন্ নারবসু শিদব নাপী শিরব মীগি মশাসু পুম্‌দব হিদাক্‌পু নঙ্‌ন কাউরম্‌বদগি ইচানীপা চাখা খোংহন্‌ব, সগাং য়াইমাব, কাঙ্‌দোন্ লৈনৌপা লৈশং খেক্‌রায়্‌বগ ঈচা নূপী অহন্ খয়োয়্‌নু হুইয়াই কোংদিংনু অহন্‌বী হাওজেং লাৎমৈনু শক্‌কবীবু কাইনরে। শাবি নঙ্‌গ ঐগসু কাইনরগবরা খঙ্‌দ্রে। অসুম্‌তৌন মপারি মমোম্ (মচা নীপা নূপী) অনীমকপু পন্‌ন পন্‌ন কপ্পমৃয়ে। অদুগিদমক্ মফম্ অসিবু পাল্‌লু লৈময়ায়্ হায়্‌ন কৌবন্নি। শেনন লোই হাব লম্ অমদ থেংয়া চাঙোলোক্ কৌরিবন করিদগিনো? ঈযুরা চিঙ্‌খোঙ্ পোইরৈতোন্‌ন য়োৎকি চয়্‌শু তুম্‌ব মখৈ নোংপোক্ মায়্‌কৈগি তম্‌পাক্ পূন্নমক্ক কবো শিদ নাদব করম্‌ব খুল লৈরম্‌গদবগে হায়ন থিরক্‌পদ চকপা কয়্‌তোংব হাও পাখং, চিঙ্‌চঙ্ মরেংবান্‌দ থোংদুন চৎপ, উ তংখাই খায়্‌ব অমদ বা হংখি। কয়্‌তোংব চক্‌প পাখংব-ও, মৈ চাকপগি তাং-

পাই ঐথু নোংবোন কাপা অনিপু কয়ি মৈনো হেন্না পুংচৎমৈ, চেকায়্‌ কাহ্নপ মৈ, চাক তাংথোম মৈ, লোইমোম্ পোক্‌তোক্ মৈ, কুতীং নোংথোন্ মৈয়া হায়্‌না পাওহংপাপু পোয়্‌তা মায়ুবা চিঙ্‌খোঙ্‌-পোইবৈতোন্‌-ঙ আইম্বম্ হেন্‌চেং ক্‌য়ৌক্‌মৈ, চাক তাংথোইমৈন্থঙ্‌ নত্তে। চক্‌পা থম্পোক্‌মৈ, লৈমা কাদ্‌লনও ঙম্‌দা মপায়ৌ পাংফুম্রাইপাপু থাবা খুৎয়োম থাবা নোংমন্‌লে। মতৈম্ চক্‌পা মৌয়ৌক্‌মৈ, হেন্‌চেং মৌয়ৌ মৈনে হায়্‌না পাওখুম্‌থিয়ে। চিঙ্‌খোঙ্‌ পোইবৈতোন্‌না তৌয়ৌকিতা শাবি ঈতৈ লৈম চক্‌পা মৌয়ৌক্‌মৈ, হেন্‌চেং মৌয়ৌলাইপু লাইকায়কানে। হয়্‌রাঙ্‌ অশংলাই, ভাউচিঙ্‌ অমুন্ লাইপু লাইকায়কানে হায়্‌না থেক্‌না কোইনা চংলক্‌পাতা শামু মথুত্তোনপু য়াংনা খোইনা চংলমমে। অতুনোংকিপু

তাংগোই পাইজুনা মৈথু য়াংনা কায়িব অসিবু কয়িপি মৈনো? হাঙ-ন পামথাব মৈয়া, কম্বৌ, চফু ইক্‌প মৈয়া, চরুথোক্ থাবা মৈয়া, ফৌ পোকপ মৈয়া, চরু ফূদিং থাবাগি মৈয়া হায়্‌নন হংবদ চক্‌পা পাখংন হায়্‌রক্‌ঈ. হোয়্‌ ঈয়ুবা চিঙ্‌খোঙ্‌ পোইবৈতোন্‌-ও, ঐখোয়্‌ চকপগি চফু ইক্‌পগি মৈ, চরুথোক্ থাবগি মৈন্থু নত্তে। চক্‌পা পোংলোই মৈনে। লৈম কাল্লও ঙম্বীগি মচানীপা শাংফূরাইপ কৌবদো থায়াদগি ওন্থজুন শিয়ে। ঐখোয়্‌ চক্‌পগি মী থাবগি মৈ, মীপোংলোইবগি মৈনি হায়্‌না খুম্থি। মাহ্ন ভাবদ চিঙ্‌খোঙ্‌ পোংইবৈতোন্‌ব হায়্‌রথি, তৌবগিদী শাবি ঈতৈম লৈম-ও, চক্‌প মী ঈক্‌পগি মৈ, হেমচেং মৌয়ৌ লাইবু লাইথুংলগনি। অহ্নন অশংব হয়্‌চাব লাই, অমুল্‌ব হয়্‌চাব লাইবু চঙলক্‌কনি হায়্‌ন থেক্‌ন কোইন চংলক্‌পদ মথোঙ্‌ য়াঙ্‌ন চংলম্‌ই হায়্‌জুন থেংয়া কৌঈ। অহ্নবু লোল্‌থৈদগি থৈথজুন

থেংয়া-ও কৌপাপু পোইরৈতাকা থিপানা কিয়াংও তৌনা কৌয়ে। চিঙ্খোঙ্ পোইরৈতোন্না য়াংলৈ তাউপা কহুয়্ চাপু তড়া চাতুম্ হননা থাকলম্‌য়ে। তড়া চাকুম্ও ঙৌতুম ঙৌনা তারম্‌য়ে। অতুনোংকিপু য়াংলৈ তাউপা হুয়্খৌচিঙ কিয়াং চাঙৌয়োক্-ও তৌনা কৌয়ে। চিঙ্খোঙ্ পোইরৈতোন্না তেক্পী মবোক্চাপু থাক্লম্‌য়ে। অতুনোং-কিপু কিয়াং বোক্থাক্থেল্ও তৌনা কৌয়ে। শেনপী লওথেংয়া, থেংয়া চাঙৌয়োক্ তেক্পী থাচম্ চিঙ্-ও থোন্নায়ে। শেন্পী মতাইমাক্তি চিঙ্খোঙ্ পোইরৈতোন্না শেন্পী শিতাপা, কপো নাতাপাপু লৈরিকাপায়া হায়্না খুন্থিপাতা তাঙ্চা মখোঙ্খুনপু তাঙ্না থায়না চংলম্‌য়ে। অতুনোংকিপু তাঙ্শা-ও তৌনা কৌয়ে। কবো মথল্মাক্তি চিঙ্খোঙ্ পোইরৈতোননা য়োংপী চয়্ও মথৌকুম, পলেম মমা লাইকোয়্ থোংকি খুয়া থৌপী মবাক্ চান্ নোংপোক মথৈ কংনা শেন্

---

কিয়াং হায়্ন কৌনখি। চিঙ্খোঙ্ পোইরৈতোন্ন মহাক্কি হুয়্ব্র চাক্ চহুম্ হুনহুনা পীজরমঙ্গৈ। চাক্ অদুম্ব ঙৌরোক্ ঙৌন তারম্ঙ্গৈ হায়্ছুন য়াংলৈ তাউব হুয়্খৌ চিঙ্, কিয়াং চাঙৌ য়োক হায়্ন কৌয়ে। চিঙ্খোঙ্ পোইরৈতোন্ন মহাক্কি ওক্পু থাক্লমঙ্গৈ। অচুগীদমক্ মকম্ অচুবু কিয়াং ওক্থাক্থেল্ কৌনখি। কবো লওথেংয়া থেংয়া চাঙৌ-য়োক্ তেক্পী থাচম্ চিঙ্ থোন্খি। কবোগি লম্ অমদী চিঙ্খোঙ্ পোইরৈতোন্ন করম্ব কবোগি লম্দ শিদ নাদব লম্ লৈরমগদবগে হায়্ছুন খিরক্পদ মহাক্কি মথোঙ্গুল্ অহ য়াম্দন থায়্দোক্তুন চংলম্ঙ্গৈ। অচুগিদমক্ তাঙ্শা হায়্রন কৌনখি। অতোপ্প কবোগি লম্ অমদি চিঙ্খোঙ্ পোইরৈতোন্ন য়োংকি চয়্ ওতুম্শিল্লক্প মশান

মী শিতাপা, কবো নাতাপাপু খুন্থিন্নকপাতা চঙ্গী লায়াক্ শেৎ, পুন্নং লাকোন্ শাগা হুয়রাগে অতুনোংপু তোংহ লৈমাঙ্-ও তৌনা কৌয়ে। শেন্গী মথন্ মাতী চিঙ্খোঙ্ পোইরৈতোন্না মাতৈলেমা লৈনাউতাপীকা খেন্না তাউনা চৎলম্‌য়ে। খেন্মোইও তৌনা কৌয়ে। শেনপী মতাইমাতী চিঙ্খোঙ্ পোইরৈতোন্ন চিঙ্পুরোম্ লাংবোন্নকপাতা মাতৈলেমা লৈনাউতাপীকা শেন্পী মীরুমুং কবো মীয়াংচুংতা চঙ্লম্‌য়ে। অতুনোংকিপু লাংচঙ্-ও তৌনা কৌয়ে। কবো মথন মাতী শেন্পী বাপাইকোন্ শায়্কোস লমচুংশিও কৌপতী কতোনোংকিনো? আসায়্ তৈকি চিঙ্খোঙ্ পোইরৈতোন্না শেন্পী মীরুমুং কাবো মীয়াংচুংতা চঙ্লম্‌কৈকিপু মাতৈলেমা লৈনাউতাপীনা শানৌ মীপীঙ্তামা

---

পোকপদ য়াওরক্রব খুয়ান তুম্‌ব মখৈ নোংপোক মায়কৈ থুংব থিব য়াবমখৈ কবো কয়ম্‌ব শিদব নাদব মকম্ লৈবগে থিরকপদ চঙ্বী লকুগি লায়াক্ শেংতুন, অনৌব লাগি লাকোল্ শাহুন হুহুন পুরক্লঈ হায়বগিদমক্ তোংহু লৈমাঙ্ হায়্‌ন কৌঈ। অতোপ্প কবোগি লম্ অমদি চিঙ্খোঙ্ পোইরৈতোন্‌ন মতৈম লৈম লৈনাউতাবীগ নোক্-খেনা হয়াওন চৎলম্‌ঈ হায়্‌তুন খেক্মোই কৌঈ। কবোগি লম অমদি চিঙখোঙ পোইরৈতোন্‌ন চিঙশাং কোয়্‌ন চৎলকপদ মতৈলৈম লৈনাওতাবীগ কবোগি লুমনুং লামনুংদ চঙ্লুই। অত্নুগিদমক লাচঙ্ হায়্‌ন কৌবখি। কবোগি অতোপ্প লম অমদি শেন্‌বী উপায়্ কোল্ পায়্‌কোল্ লম্ন্নুংশি কৌপদী করিদগিনো? অসাইগি চিঙ্খোঙ্ পোইরৈতোনন কবোগি লু, কবোগি লাং মনুংদ চঙ্খিব মতম্‌দ মতৈম লৈম লৈনাউতাবীন হায়্‌খি। শানৌ পোইরৈতোন্-ও

শেন্পী শিতাপা কবো নাভাপাপ্ খুনথিরক্পতা শেন্পী যৌরক্লুং, কাবো মায়াংন্নুংতা কায়ম্ চঙ্লম্পানো হায়্না পাযেল্ উপু পায়্না কপলম্বয়ে। অতুনোংকিপু শেন্পী উপায়্কোন্-পায়কোল্ লম্নুংশি-ও তৌনা কৌয়ে। কবো মতাইমতী যীযুবা চিঙ্খোঙ্ পোইরৈতোন্না শেন্পী শিতাপা কবো নাভাপাপ্ খুন্থিরকপতা শেন্পী যুতুম্ যুনা তূম্লম্য়ে। অতুনোংকিপু তুমুও তৌনা কৌয়ে। কবো বাউতুম বাউনা লৈয়ময়ে। মুবাউও থোন-নায়ে। কবো মথল্যাতী মোলোকও কৌপাতী কতৌনোংকিনো? চিঙ্খোঙ পোইরৈতোন্না আদাইউকি শেন্পী যুতুম্ যু, কবো বাউতুম বাউনা-তুম্ঙাম্পানা উকানে হায়্না খোয়্মা নায়োন্নুংতা মতোম্মাতা লোংলে মোয়োক্ কৌয়ে। খোয়্মা নায়েন্ নুংতা লেক্লম্পাপু লোপা

---

ঐথোয়্ অনীন কবোগি লম্দ শিদব অমন্নুঙ্ নাদব লম্ থিরক্-পদ মতৌ করম্ তৌন কবোগ লূ, অমদি, লাং মনুং চঙ্লম্-লিবনো। অসী হায়্দুনা উপান্ অমদ পায়্দুনা কপ্লম্ঈ। অদুগিদমক্ লম্ অসীবু কবো উপায়্ কোন্, পায়্কোল লম্নুংশি কৌঈ। কবোগি লম্ অমদি ঈবুধো চিঙ্খোঙ্ পোইরৈতোন্ন শেন্ন লোই হাব্ব শিদব লম্ কবো নাদব লম্ লৈত্রা হায়্ন খুন্থিরক্পদ মুতুক্ মুনা কবো অম তূম্লম্ঈ। অদুগিদমক্ তূমু হায়্ন কৌঈ। কবো অম বাউদুম্ বাউন ( ঈবাউ বাউন ) লৈরম্ঈ হায়্দুন লম্ অদুবু মুবাউ হায়্ন কৌনখি। কবোগি লম্ অমদ মোয়োক্ কৌপাদি করম্ব মরম্দগিনো? চিঙ্খোঙ্ পোইরৈতোন্ন অসাইগি কবো মুদুম্ মুন, বাউদুম্ বাউন তূম্লম্ব অদুন উগনি হায়্দুন নাপী মরক্ত মতোম্ত লোংলি হায়্রগি

চিঙ্‌থুং পোইরাপাকা মতো:ম্‌ কোংকোঙ্‌ হল্‌বাইমবলে। অতুনোংকিপু তোম্‌কাংও তোনা কোয়ে। কবো মখল্‌মাতী য়ীমুবা চিঙ্‌খোঙ পোই-ৰৈতোন্‌না মমীম্‌ শেন্‌পী কবোনা বাংলৈ খারুঙ পুতী হাই কোয়ে। চিঙ-খোঙ্‌ পোইৰৈতোন্‌তা বাংলৈ খরুঙমাপু কুচাঙামৈয়ে। অতুনোংকিপু হাইকু-ও তোনা কোয়ে। কবো মতাইমাতী চিঙ্‌খোঙ পোইৰৈতোন্‌না চিঙ্‌পুরোর্‌ লাংবোল্‌লকপাতা মমীম শেন্‌পী কবোনা লাপুতী তোং-ও কোয়ে। তোং লাকোল্‌ শানা পীঙামৈয়ে। অতুনোংকিপু তোংশা-ও তোনা কোয়ে। শেন্‌পী মতাইমাতী মাকুশা-ও কোপাতী কতোনোংকিনো? চিঙ্‌খোঙ্‌ পোইৰৈতোন্‌না শেন্‌পী শিতাপা, কবো নাতাপাপু খুনখিলক্‌-পাতা মমীম্‌ শেন্‌পী কবোনাকোয়ও নোংলুপা অঙোপাকা কাইৰৈ য়েল্‌লুকা শামু খুংতা পায়্‌রা চিঙ্‌খোঙ্‌ পোইৰৈতোন্‌তা কুচাঙামৈয়ে। অতুনোংকিপু

---

মোরোক্‌ কৌঙ্গৈ। নাপী মরক্ত মাইরেক্‌প অহুদ অহিং হোখিছুন নোংঙাল্‌লবদ মতোম্‌দ ঈকোং ফোংন হল্‌গকঙ্গৈ। অহুগিদমক্‌ তোম্‌কাং হায়্‌ন কৌনখি। কবো মফম্‌ অমদি ঈবুধৌ চিঙ্‌-খোঙ্‌ পোইৰৈতোন্‌ন কোয়রক্‌পদ কবোদ লৈব মীন য়ু খরুঙ্‌বু হাই কৌঙ্গৈ। চিঙ্‌খোঙ্‌ প্োইৰৈতোন্‌দ য়ু খরুঙ্‌ অমবু কংলক্‌ঙ্গৈ। অহুগিদমক্‌ লম্‌ অহুবু হাইকু হায়্‌ন কৌনখি। কবো লম্‌ অমদি চিঙ্‌খোঙ পোইৰৈতোন্‌ন চিঙ্‌-ভম্‌ কোয়ন চংলক্‌পদ মখোয়্‌ কবোন লাবু তোং কৌঙ্গৈ। মখোয়্‌গ তোংলাকোল শাহুন পোইৰৈতোন্‌দ পীরম্‌ই হায়্‌হুন মকম্‌ অহুবু তোংশা হায়্‌ন কৌই। অহুগ কবোগি লম্‌ অমবু মকুশা কৌবন করিদগি কৌবনো? পোইৰৈতোন্‌ন শেন্‌বী শিদব লম্‌, কবো নাদব লম্‌ খিরক্‌পদ কবোদ লৈব মীন অতোব লুপাগ য়েনগী মরুগ অবী

মাকুশা-ও তোনা কৌয়ে। কবো মতাইমতী মায়্ও কৌপাতী কতৌনোং-কিনো? মীয়ুবা চিঙ্‌খোঙ্‌ পোইরৈতোন্‌না লৈমা লৈনাউতাপীকা লাইচা মীতা শম্‌তেংপাপু লুনা হেন্‌না লৈঙাময়ে। অতুনোংকিপু মরু-ও (লীরূও) তৌনা কৌয়ে। শেন্‌পী মথল্‌মাতী মংশা চিঙ্‌তোম পোক্‌-ও কৌপাতী কতৌনোংকিনো? চিঙ্‌খোঙ্‌ পোইরৈতোন্‌না মশামৌ কবো পোইরৈতোন্‌পু খোম্‌লেল্‌ মঙ্‌লাংচান্‌তা মঙ্‌নায়ম্‌য়ে। অতুনোংকিপু মঙ্‌শা-ও (মঙ্‌য়া) তৌনা কৌয়ে। কবো মতাইমাতী চিঙ্‌খোঙ্‌ পোই-রৈতোন্‌মা চিঙ্‌পুরোয়্‌ তম্‌পু কেন্‌না খুন্‌থিরক্‌পাতা মমীম্‌ শেন্‌পী কবোনা বাংলেল্‌মপুঙ্‌চাপু তিংদিং ময়্‌রাপাতী তীঙ্‌কাং শাখুল্‌খোক্‌-ও তৌনা কৌয়ে। মেম্‌না ময়্‌রাপাতী তিংকং শাখুশা-ও তৌনা কৌয়ে। কবো মতাইমাতী চিঙ্‌খোঙ্‌ পোইরৈতোন্‌না শেন্‌পী শিতাপা কবো

---

মথুত্ত পায়্‌হুন চিঙ্‌খোঙ্‌ পোইরৈতোন্‌দ কুচথি (কংচথি)। অছুগিদমক্ মকম্ অছুবু মকুশা কৌঈ। কবোগি লম্ অমন মাল্ল কৌবদি করিগদমক্ কৌবগে? ঈবুধৌ চিঙ্‌খোঙ্‌ পোইরৈতোন্‌ন লৈম লৈনাউতাবীগ ঈশিং কুম্‌ছুনা ঈরুজববু লূন হেনন লৈরমঈ। অদুগিদমক মকম্ অছুবু মরু (লীরু) হায়্‌ন কৌনথি। অতোপ্প কবোগি মকম্ অমবু মংশা চিঙ্‌তোম্‌পোক্ কৌনরিবন করি মরম্‌দগিনো? চিঙ্‌খোঙ্‌ পোইরৈতোন্‌ন মনাওনীপা কবোগি পোইরৈতোন্‌বু মমঙ্‌দ উরমঈ। অদুগিদমক্ মকম অদুবু মংশা (মঙ্‌য়া) হায়না কৌনথি। কবো লম্ অমন চিঙ্‌খোঙ্‌ পোই-রৈতোন্‌ন চিঙ্‌-তম্ অনীমক্ তূন খুলথিরক্‌পদা কবোগি মীশিংন মখোয়্‌গি পুঙ্‌বু তিংদিং হায়্‌রন ময়্‌রবদি তিঙকাং শাখুল্‌খোক্ হায়্‌রন কৌঈ। অছুগ নেম্‌ন ময়্‌রবদি তিংকং শাখুশা কৌয়ে। কবোগি লম অমন চিঙ্‌খোঙ্‌ পোইরৈতোন্‌ন কবো শিদব নাদব

মাতাপাপু খুন থিয়ক্পাতা শেন্পী মোয়্ভুম্ নোয়্না নৈঙাময়ে। মু-নোমু-ও তৌনা কৌয়ে। শেন্পী মথল্মাতী চিঙখোঙ পোইরৈভোয়না চিঙ্পুয়োয় লাংবোললক্পাতা মমীম্ শেন্পী কবোমা বাংনৈ থারুঙ্-প্তী হাই-ও কৌয়ে। চিঙ্খোঙ্ পোইরৈতোননা বাংনৈ থরুঙ্মাপ্ লওয়ক্য়ে। অত্নোংকিপু হাই-ও তৌনা কৌয়ে। শেনপী মতাইমাতী চিঙখোঙ্ পোইরৈভোন্না শেন্পী, শিতাপা, কবো মাতাপাপু খুন্থিয়ক্পাতা খোয়্না নায়োন্চুং শেনপী লম্পোইপাকা চিঙ্খোঙ্ পোইরৈভোন্কা কোয়ও মুংথিদ্ পোপোপপাতা শংশঙ্না লম্বোক্নায়ে। অত্নোংকিপ্ শংশঙ্ও তৌনা কৌয়ে। শেন্পী মথলমাতী চিঙ্খোঙ্ পোইরৈতোন্না চিঙ্পুয়োয় লাংবোল্লক্পাতা মমীম্ শেন্পী কবোনা তেক্পী মবোক্চাপ্ তোংলময়ে। অত্নোংকিপ্ বোক্তোংও কৌয়ে। কবো মতাইমাতী চিঙ্খোঙ্পোইরৈতোন্না চিঙ্পুয়োয় লাংবোললক্-

---

লম্ থিয়ক্পদ জগোই শাব অমন নোয়্চুন (জগোই শাচুন) নৈরমঙ্গী হায়্বগি মুনোয়্ হায়্ন কৌথি। শেন্বী অতোপ্প অমন চিঙ্থোঙ্ পোইরৈতোনন চিঙ্-তম্ কোয়্ন চংলক্পদ কবোন মু থরুঙ্বু হাই কৌঙ্গী। পোইরৈতোন্ন মু থরুঙ্ অম লওয়ক্ঙ্গী। অছুগিদমক্ মকম্ অছুবু হাইয়ও চায়্ন কৌঙ্গী। অতোপ্প কবোগি লম্ অমন কবোগি শিদ-নাদব লম্ থিয়ক্পদ অথুপ্প নাযক্ মসুংদ কবো লম্মোইব অমগ চিঙ্থোঙ্ পোইরৈতোন্গ মুংথিল্ পোপোপ তদ শংশঙ তশেংন ওক্লরে। অদুগিদমক্ লম্ অছুবু শংশঙ্ কৌঙ্গী। কবোগি লম্ অমন চিঙ্থোঙ্ পোইরৈতোন্ন চিঙ্-তম্ কোয়্ন চংলক্পদ কবো নীপ। অমন মহাক্কি ওক্ তোংচুন নৈরমঙ্গী হায়্বগিদমক্ মকম্ অছবু ওক্তোং কৌঙ্গী। অতোপ্প কবোগি লম্ অমন চিঙ্থোঙ্ পোইরৈতোন্ন চিঙ্-তম্ কোয়্ন

পাতা শেন্‌পী মপীচা কবো ময়েন্‌হৎপু চুপ্‌না চুপ্‌না লৈতান্‌রে। অতুনোংকিপু চুম্‌লৈও তৌনা কৌরে। শেন্‌পী মতাইমাতী চিঙ্‌খোঙ্ পোইরৈতোন্‌না শেন্‌পী শিতাপা কবো নাতাপাপু খুন্‌থিলক্‌পাত্তা শেন্‌পী কবোনা চিঙ্‌খোঙ্ পোইরৈতোনপু শেনপী মপাচা কবো ময়েন্‌দুপু খাটীক্ লাপাকি আবোও কৌওাম্‌রে। অত্‌নোংকিপু বোশাও তৌনা কৌরে। কবো মথন্‌মাতী চিঙখোঙ্ পোইরৈতোন্‌না চিঙ্‌পুরোয় লাংবোল্‌লক্‌পাত্তা লৈমা লৈনাউতাপীকা লাইচা মীতা শান্‌তেংপাপু লূনা হেন্‌না লৈওাম্‌পাপু অত্‌নোংকিপু মারুও তৌনা কৌরে। শেন্‌পী মতাইমাতী পন্‌শা-ও কৌপাতী চিঙ্‌খোঙ পোইরৈতোন্‌না চিঙ্‌পুরোয় লাংবোল্‌লক্‌পাত্তা মপারি চাখা খোংহন্‌পা শাকাং মাইথাপা, কাঙ্‌তোন্ লৈনৌপা, লৈখং খেকনায়্‌পা, ময়োম

---

চংলক্‌পদ কবো মতাক্‌কি পোক্‌মিরব, মথোয়্‌গি মনাওবু চুপ্তন লৈরম্‌জ্ঞ হায়বগি লম্ অদুবু চুপ্‌লৈ কৌঈ। কবোগি লম্ অমাদ চিঙ্‌খোঙ্ পোইরৈতোনন কবোদ নাদব, শিদব লম্ লৈবরা হায়্‌দুন শিদ নাদব খুল্ থিরক্‌পদ কবোন চিঙ্‌খোঙ্ পোইরৈতোন্‌বু কবো মখোয়্‌গি মপা মচা মচিন্ মনাও ওইন থল্লুহন আবো হায়ন কৌরম্‌জ্ঞ। অদুগিদমক্ বোশা হায়্‌ন কৌখি। কবোগি লম্ অমন চিঙ্‌খোঙ্ পোইরৈতোন্‌ন চিঙ্‌তম্ কোয়্‌ন চংলক্‌পদ লৈম লৈবাউতাবীগ ঈশিং কুমত্তুন ঈরুববু মাম্‌ন লুন লৈরম্‌ব উবদগি মরু হায়ন্ কৌনখি। কবোগি লম্ অমবু পন্‌শা কৌবগি মরম করিনো? চিঙ্‌খোঙ্ পোইরৈতোন্‌ম চিঙ্‌-তম্ কোয়্‌ন চংলক্‌পদ মচানীপা অহল্ চাখা খোংহন্‌ব, মায়্‌ম শগাং, কাঙ্‌তোম্ লৈনৌব লৈশং খক্-

থায়োয়্ নুংবাহল্ হুইয়াই কোংতিংমু, হাওচং লাংমৈমু শাফাগীপু পন্না পন্না কপ্লম্‌য়ে। অতুনোংকিপু পন্শা-ও তৌনা কৌয়ে। কবো মথল্ মাতী হাইনু-ও কৌপাতী কতৌনোংকিনো ? চিঙ্খোঙ্ পোইরৈতোন্না চিঙ্পুরোয়্ লাংরোললকপাক মবম্ শেন্পী কবোনা রাংলৈ খরূঙ্পুতী হাই-ও কৌয়ে। রাংলৈ খরূঙমাপু কুচাংলম্‌য়ে। অতুনোংকিপু হাইমু-ও তৌনা কৌয়ে। শেন্পী মতাইমাতী তুমু-ও কৌপাতী কতৌনোংকিনো ? মীয়ুনা চিঙ্খোঙ্ পোইরৈতান্না চিঙ্পুরোয়্ লাংরোললকপাতা ময়ীম্ শেন্পী কবোনা মুতুম্ মুনা তুম্লম্‌য়ে। অতুনোংকিপু তুমু-ও তৌনা কৌয়ে। কবো মথল্মাতা চিঙ্খোঙ পোইরৈতোন্না চিঙ্পুরোয়্ লাংরোল-লকপাতা কোরও চিন্তুম্ চিন্ রাঙ্পল মংতুম মংলকয়ে। অতুনোংকিপু মংশা-ও তৌনা কৌয়ে। ময়ীম্ লোইপী মথল্মাতী থাপা লও তাংখুল্

---

রায়্ব, মচানুপী অংল্ খায়োয়্নু, য়ায়্ম হুইয়াই কোংদিংমু হাও-চেং লাংমৈনুং শাফবীবু পন্ন পন্ন কপ্লমঙ্গৗ হায়চুন মকম্ অদুবু পন্শা হায়্ন কৌনখি। অদুগ কবোগি অতোপ্প লম্ অদুবু হাইমু কোবদি কারাগনো ? চিঙ্খোঙ্ পোইরৈতান্ন চিঙ্ তম্ কোয়ন্ চংলকপদ কবো মচাশিংন য়ুখরূঙ্বু হাই কৌঙ্গৗ। মখোয়্ন য়ূখরূঙ্ অমবু কুজ্জারম্‌য়ে। অদুগিদমক হাইমু কৌঙ্গৗ। কবোগি লম্ অমবু তুমমু কৌবাদ করম্বা মতম্দগিনো ? ঈয়ুবা চিঙ্খোঙ্ পোইরৈতোন্ন চিঙ্তম্ পুম্নমক্ কোয়ন চংলকপদ কবো নীপা অমন মুতুম্ মুন তুম্লমঙ্গৗ হায়হন্ তুমমু হায়ন কৌনখি। অতোপ্প কবোগি লম অমদি চিঙ্খোঙ্ পোইরৈ-তোন্ন চিঙ্-তম্ কোয়্ন চংলকপদ অতিয়া মকোয়্ অসী য়াম্ন কুঙ্ল নোং মংলকয়ে। অদুগ দমক মংশা হায়না কৌখি।

হকচাংগী ঐ পৃথমক কিবদগী পূথইং ইংবগুম তৌরে। লোংথৈ কক্কানা টম্বা নংহোৌদে, উৎলিবা অকিবা মূর্ত্তিম্না, তোম্বিবু মখুৎ নাম্বনা ছং কে ল্লগা অবাংবা উদ; চো থৎলকলে থনুম্ভংনা উচেক কাবগুম তেংম্বিবু কারগা মাগী লেপাদ্বা মথৈ মাকাক ওয়পা য়েংপগা ভলা-উক্কাও অবদগী উক্কাও অমা উচেক্কা পাইবগুম পাইবগা চোংবা তৌরকলি তেংম্বিনা টম্বা লাইনি থল্লগা মাগী মখ্বাংদা টাহৌদনবা কম্না কোল্লি, অঙ্গপা লাউরকলি,— ইমা! ইমা! ঐবু কনবিউ। মানা হায়কৈ হায়বক্কু মঙায়, ভমথৌরবীম্না থুদোংচাবা কংলগা লেপ'মম্না চাগদবগী তৌবগুম, উ অমদগী উ অবদা কল্-কল্ গেংম্নানা চৎলি। তোম্বী মসাম্ব উপা-বাশাদা পম্দুনা কম্না হোৌপাইরে; মূর্ত্তিম্না থৌশাবিথিদে, মসাঙ্গ ঐহিং নাইহিং শারে থাদোকপা লৈত্তে, মখুৎ খুৎভিম্না চংথবিবা মম্বানা টুথলিবা মমিৎনা লাওবিবা অঙকপা মতৌনি। মীশুইবনা অবাবা টংম্ববদা টাইবং মপুবু নিংশিংদৈন, পাম্বৈ লৈজবম্বা তেংম্বিনা মাগী অরোইবা মিৎকুপ লাক্কে থম্দুনা ভগবান গ্লামহিদা হায়তংখি,— হে ইবুঙো! থম্বদা নিংথম্ম, হুই মনা তাককদবা লাইনিংথৌ শম্বোং অপানব', নিংথৌবা, কোকয়াম শাবা লাইনিংথৌ, মচুনা ম্নাহংনা মানবা, নিংথৌ মাইবা খুয়াইতা লৈপাক ম'ইবা চিয়াইত্তাম্ব ইবুঙোনি,—মনাইবু কুংজানবিও।

হুই নাহা — উচম চববদা হুই থাবগুম জীবগী হকচাংদা লৈবা শম্বোং অপানবা—শম্তোকপা পাম্ববা; তাককদবা—মাঙবা তাকপা লৈতবা, খুয়াইতা চিয়াইতা অবিমক পাথৎবগী মতমগী মাইবানি।

তোম্বিগী মমিত্তা পিগী ঐম্ব হৌখি, কিবদগী কোকচাউবী কাররবাম্বদি ইবুঙোগী ফিংথৈ হেক শোনবদা কিবা থম্ব কাম,— মুংশুক মুংজানগা কনবিউ ইম, থব ইসে হায়না লাউরি। হিংচাবী অহনা অমুক হম্না চোংনা চোংনা লাক্লগা তোম্বিবু হায়গী উংখোং মথাদা থম্বিরম্লগা পাইত্রে, তোম্বিসে জ্ঞান টাদানা হিরুনা লৈখি।

তাইহাক পোংথারবা মতুংদা অমুক মমুখ ভম্বা চৎকে হায়কুনা খোঙখারকপদা চাউরবা কৈজাও অমনা পোাম্ম পোাম্ম তোঁকংনা হাঙ্গোংলোমদা চঙলকখি। 'কৈ কিম্বনা চেল্লগা শওম' ওকথৈ হায়বাগু মতাইরে, তোম্বিনা ভুমিম্না ফিৎ চাম্ভুনা কংথাখ। কৈ-দো তাইহাক হৌদোংশুম ছু-ছু তৌম্বগা অস্থম্না মাগী মমাঙদা কোয়চৎ-চৎলি, তোম্বিনা স্বকলেং লেংজানা লাই খুরমহুনা থ্যাম তৌবশুম কমলি, কৈ অঙ্কনা মমিৎ নৈখোকলিঙৈদা থব থম চঙশিল্লুনা উজাও অমদা তাংনা অমুক কমলে। উজাওগী মনাঙ্গ নুংহন অমা লৈবা উহনা তোম্বিনা নুংহন অহদা বাইখুনা বাইখু মকোন্দা চঙবশুম চঙলগা ভুমিম্না কমলি। মতম অঙ্কমক্লদা অথাম্বদা শজি অমা খোংলকই; কৈদো শজিহু ভম্বা লোংনা হম্পুনা চোংহুনা চৎখি, কৈম্ব ( কইম্ব ) মহৌশানা উম্লুংদা শজিশুম্ বাক্ বাক্ খোংই; মুমিৎ অঙ্কগী মথোলহু শজিম্না নঙবম্না কৈনা মখোম্ম্ ভাবদা মখোলহু টম্না চৎশ্লে। তোম্বিনা অহৈ-অশিংদা হংজবদা মাবু কায়বা হিংচাবীহু লৌত্রাওখিনি হায়বা থর্তখি।

---

# লৈমারেন্‌শিদবী

ভোগিমা তাকর ওইরবা বিষ্ণুপুরদা লৈরিবৈদা হারম্ভ পনখিবা খোইরাংথেম্বা লাকপা মখাগী লাইশোনসি পিবিরমই। মাহুদি :—লাইংথৌ কুরখিবদা মাঙদবা! মহাকথক লৌখিব রাবু ইথুং ভারা মমা খুকম্না ইজরক্কে। টাইবংপানবগী অপোক অশিগী লপেন হায়গে,—খোঙদি আহনবে। আহম্মক ভিরবা কৌবাদি রারম আরুবানে। পিপন অ'নমক্তী মরতা ব রমসিব কুরু সেথোক থুংশিলবা বাংনে। খুরাই র গী নি'থৈবে, পোয় খোঙগী লেনফুনে থতও। মিং অনিমক ভুমবাদি অশিবগী লখেন্নে, খোঙ অচুবা লৈবাদি আভ্যানে বনিংদি 'র' কৌই। 'র' না নাউয়োম ওইরে ; লৈচৌনগী মসকুপা ন'উয়োম ওইনা লৈরে, মিথাং অরেম্বনে, মাহাক্তি মাপানদা লৈবা আংভ্যা অহুনে। 'কর' বু হুংপা হোন্নমা মতারক শোয়ো মিং, অনিমা হনগংনা চি'না য়েংও। মাহোংগী মসক ওইনা উর্বনে। অহুগী মহুতা লৈরীওম্বা উরবদি পুং অমতা ভাইরে থওও। মিংনাহা অনিমক্তি কুরুগী মম্মিনে, লাইবু নিংম-করে ; অসিগীদমক লাইপকপু অপকপা কৌই। মথিদাং হিম্মদা মিং উইশিয়ো, ওইগী থুংতোনবিনা ওইগী মিংখুদা মমৃও, অচুপা মাতোন মতোন য়েংউ। লাই মম্মিদি মিংনাহানে, শিপথবা মতমদা লাংরমবনে, মপান্নগী চেনশিনখিব মাহাক ওইরে 'পফেং পায়সা' কৌই, চিংথৈ ভানবম্ভ কোক, অসিবু উরগদবাদ 'অজপান' হোনখোকও। নিংপা যোঙ্গোকপদা 'হরস' হাংনা শোয়ো।

মিৎকী মচৌবনেন, হেয়ামনিক কৌবদি, মিংকী অমুবা অত্নেং, অতুগী মনুংদা লাংলিককুম্বা তীনগুম্বা কুয়ে নোংপোকী কাবনে, মমিং তোংমাপমুম্ অপুবা কৌএ। নোংপোক অশিবগী ১পুক মনুংদা পুশিনবে, 'পাখংবা' কৌবে মখিংদি "খৌমী-ওংতা মীহিং তেঁ মীহীঁমপ্ " কৌই। পাখংবাগী মপুক মনুংদা অতিংকোক চতখ্রে, থোইবৌ কৌবে। অমগী কবি ওইবে মমিংদি "মীলী লৈতাঙ্ খাম্ খাম্ মানপ্" কৌই। অসিদগী মতুং মতা ওইনা খায়বে, খুৎথিনখোক্রে। নোংখাং কুম্বা চুম্লীবাং থনবা, থবিয়ুম শাবা, লাই উবা বা তাংনবা মংতাসি তবনে। মীপোৎপম্ তবনে ব্রহ্মাণ্ডগী মতিক হায়ত্রমলোইএ।

পাম্বম থক্তিংং হায়গে,— 'করসম' হৌরিমক্তি 'কর' অমিমক্না থরাই ওইএ, 'সম' অবিমক্না মিংশাওইএ। মনুংদা মপালদা লংবা লংবা লৈএ, চাইশিন্না লৈএ 'নিরঞ্জন নিরাকার' কৌই, লৈবা থিবিক্তা চুশিন্না লৈএ ; শক্তি ব্রহ্মাণ্ড শিনবগী মসক ওইনা লৈএ। 'ম' না লৈবা থৈবিকী থোক্লেন থোকহনলে, তাহ্নবাতুং 'ম' নে মুপী নিপা থগহনবাসুং 'ম' নে। কাম, মর্দ্দ, মন কৌবদি পুকনিং অমত্তা ওইবে হায়বাদি নিংলেন শেৎথনবা, লৈয়াং থাইথনবা লৈয়াং চিনবা হায়বাদি থসিনে।

বারম অমম্ হায়গে,—মুপীমু লৈ ( লই ) কৌই ; খা-বা ( খাবা—শিবা লম্বেন্দা মানা 'সিং' অশিবা যেক্লে হায়বগী সিংয়েন কৌই ; মুথিৎপু চৈয়োন কৌই ; করিগী কৌবনো হায়রবদি খা তরানিথোইমু চহি অমা কৌই, সিং অমা খায়ে, খা অমদা মুথিৎ

চয়োল তরেং মানা অমা ওমা চৎলে, চহিং ৩৬০ না চহি অমনে। চহিং চয়োল তরেংমক পোকএ, মা তারানিথোইদা শিরে। মা তারানিথোইমক পোকই মুমং চয়োল্ তরেংমক্তা রাহুগা কেতুগা মাপলমক ওইএ, মকশা যা তোমাং ওইনা চারিরে; মাসিদকসু অপোক্ লৈবেন কৌই। অমসুং শিরে হায়বনি মশি লৈবেন কৌই। লাইনী মখিং মতলবাদি লৈমায়েন মতলবানে; ঐগী ইখিং মতলবদি হৈহোন হায়না কৌই।

মরম ১মুং পূর্বোক্তা হায়বা,—মুমিংপু পক্তং কৌই মাবু কিরাল কৌই, থোক্তি লাংথপক্নে। টাইবংপানগী হকশাংদি শিংলি বিং মাইবা লিশিং অমা চাম্মতানা কাইতোই ওইনা চল্লিয়, পূরশিদি মরাইগী লৈচত্নে। লৈচতবু মতলবাদা পুনশিবা মতলবা কৌই। শক্তি অমনে,—মহাশক্তি অমনে, রাজশক্তি অমনে, মসিদগী শক্তি অমবু কৌথোকপা তম্বদি মাম্ভ শিদবাবু কংনবা তম্বনে। জীবগী মমক মচুদি মংচেং মক্ল অকংবাগী মরোল অশংবা অমুত্তবনে, মসিনে। মরাই মহামতি ওগী মুখীতবনে, ব্রহ্মাণ্ডনা লাই হায়বনে মতত।

অমসুং হায়রে,—শক্তি কৌথোক্লবদি, খুৎ অংনা মিৎ অমদা মল্লো, মিৎ উইশিনবা, অচুপা মত্র শোয়ো, শোনগদবা মন্ত্রদি,—জীব শক্তি থোক্লকলো, মহা শক্তি থোকলকলো, রাজ শক্তি থোকলকলো শক্তি অহুম্মক থোক্লকও। মথা° কোনক্ নুংলগী লিক্লাং মথেক ওইরিবা মামংদি অদন্যাস কৌই। জীব কৌথোক্ উনাবানে। থাউটৈ অমা মাতদা থায়ো, মত্রসি শে লো, থাউটৈ

কৌবদি অদিনে, অসিদগী খোকথিয়ে, অসিথু কংলবদি থুংডুব-চপ্‌বা ওয়ে হায়বাসিনে থওও। 'পিরি ওয়েঁচ' কৌই, ভাশিওয়ে, মথিংদি ভোংবেঁনপ্‌ পেঁচেন্‌ পেঁ। লৈভম্ব কৌই। 'ও' গী মকমদা মিয়াং পাওম্‌ মত্তাগী মওহনে। 'ববতংস' না থবাই মংওংবু পুদনা লৈবে হায়বগী লৈবা খিবিকপু থরাই কৌই, চিরা পান্‌ অভিংগানে, মকনদি খোঙ্গনে। লৈনাবেনগী মতাশ্লি বাইথুং চাংজো অচেৎপনে। ব্রহ্মাণ্ড মথিংদি 'হেঁ। কং সৌঁ' কৌনা খোইগী মথক্তা হোই ভাংসাংগী মসক ওইনা লৈএ, পজেংনা লৈবাদি নিংদোক্পা লৈএ, অদুগীদমক থংকপনে থুদোনদগী ঈশিংনা শিথকদাইদা ঈশিং ঈচিক্পা নিংভোন্‌ তাম্না চেমথৎলকই, মামা চেমথৎলকপাগুদি শিংথা মহুংদা চওপে; মাহাক্তী খোনজেলদি "জুজু-চিচিরিত" লাউবা চওশিনলকই। হম্মাং ঈচিক্‌ টুখোং লেইনা হকশাং পুথা পৌতৌক্লকই, মিদি নিংদোম্‌ খৌবে থওও। অদু গৌরবগী মখোনদি সকোন থুক্রুপ পুবাদা শাবিক ম্রিংম্রি হায়না খোনজেল লৈথৎপাহুনে। খোনজেন্দু তাববাদ থুসম্‌ য়াংসম্‌ কোয়াংগী খোনজেয়ে, অদু তাবথদি ঈরুবো, কি অহলবা অশেংবা শেৎলো, চপ্পোন থিয়ে, বংনা নিংবা থিবিক ভৌত, কমা নিংজো নি খৌ মখোননে থওও।

বাবম অমা হায়গে,—থি ( pulse ) না খোতজেং মাথাদা লৈনা মায়বদি শিয়োইদাবানে। থুবোমদা লৈনা মায়বাদ কন-থিবা ওমত্থনে। পোৎলোই ভনা থমলো হুংশাংনা মায়না শিবানে। থি অদুনা থাইখোক্পা ঈশিং ইচিক ওইয়ে, হুংশিৎ

অরিবগুং ওইরে, ঐশিং ঐখোক্ কৌবদি অসিনে। পজেংবু হৌজিনবা কৌবদি করিগীনো ? হায়রবাদি নিপাগা নুপীগা লৈনিরবৌনি মুখাইবদি, অনিমাক্না পা থঙ্ মায়থাদে ; পুক্নিং লেপ্তবা লৈতনা অথৌবা ওইবা লৈবাক্তগী 'পজেং হুকপা ওইবা' কৌই। পুকনিং অগুম অসুম লে মুংগা খানবক চনপিরবে হায়বাসি 'হমচিনবা' কৌই। অসুমা পুক্নিং চনখিনরকপহুনা 'অহন' কৌয়ে। পুকনিং মাঙাশলুরে, কিরানমু পোক্লবনে, পাংগনমু মহেং উহকপনে, পুনাশ চেঙজেল মকশিনলয়ে, পুক্নিং মহেং টাহনবা ওয়বাদি পুশিনবানে কিব নমু ম তনাবানে থঙও। অমদি পুক্নিং অসিবু ভাব কৌবা থাবাইকগী লোনাইনে। শক্তি অহুম্মাশু চঙনা লৈএ। অমদি 'স' নে, অমদি 'র' নে, অমদি 'হ' নে। 'স' শক্তিনে, 'র' গা 'হ' গা অনিগম্মা 'হরি' নে। লোংশিং (অত্যা) দৈ, ঐশিং, লোংখো লৈপাক মুমিৎ. থ', থর ম্মিচাক ২৭ নাচিংবা অসি থৈবিক্লা 'হরস' অসিদগী পোকখিরে। 'হরস' হায়না অমরক টাইবংপান্দা চঙখিরে 'হরস' হায়না অমরক পোকখি, পোক্লা চঙনা লৈ হায়বাসি জীবনী তোলাই কৌই। মচুদি অমুবানে, অথক্লপানে অনিমক্নী মচুনে, পুকনিং অচুপী মমক ওইনা লৈএ। পুকনিংগী মচুদি মংঙানে। অমদি পুকনিংবু মন কৌই, অমদি লৌশিং পোকহল্লে, অমদি থবাই পাল্লি হায়বা থঙহল্লে অমদি কোনাং তেংথন লেংবি কৌই। অমদি মি (মিহুল) নে,—মিনা লৈবা থৈবিকপু থঙহল্লি, মচাসিনে। মচানা অসিগুং শুন্য অতিয়াসি থবাইনে মানা নিংবা পুক্নিং মঙং ইয়া পেন্নবানে।

পুক্সিংমা লাই ওৗ, পুক্সি মা মী ওই, পুক্সিংনা শ'-ঙা, উচেক-বাম্না ওই, পুক্সিং কঙবা, মিৎ শিংববা, মীগী মাথাইগী পুম্নমাক থাংবা নৈব, শিংদব', অচুম্ম মখেক অহম্মনা চঙ্কুম নৈ। হয়স অহম্মকসিদি মথিং অত কৌই, অচুপ্পবা লিসি মুক্তী মচিনা লিঙ্গপা লিঙ্গা (বিন্দু) ওই। বিন্দু অচুনা মীগী শুচু মখেল ওই, ঐ মখম তজেৎন্নুং ওই বিন্দু অমদি থোঙ অচুমগী কোকথিএ, অচুগী থোঙ কৌই। কাম-মর্ম মনক্সুং কৌই. মিপীদম্ম মিপাদম্ম পাংথক নৈ, অসিগীদমকপু থুপী মিপাম্ম পুক্সিং মখেম থতনৈএ, 'ভাউক্সিং-লোন্ হাম্বা' কৌই।

মীওং অসিনা লোক্সমদা পামনৈএ হ ম্বাগী 'হৈম্বাং লোমচৎপা' কৌই। পুক্সিং অসিনা চাম্বা মম্মী থঙত্রবদি থবাই চৎবে।ম্র। পুক্সিংম্ম তিন্নবদি 'মাহাক' হৌথিবাসে, অচুগীম্ম 'কিমানবা' কৌই। মাম্নাম্ন অচুবু 'অংশ' কৌই। 'মাহাক' থাইদোকখিবনিমা মুংশি-বাসে থঙও। মী অকবা পুক্সিং ভম্না পুও, লাম্মনা তৌম্নবদি মাহাক মাম্মূংও। মিংথৌ ইম্নেংবামা পুম্নবা বাসে মা অকবনা থঙপদবনে। হয়ে হয়ে।

মিচ পুক্সব ওইম্নবা, জটানা হুকচাং পুম্নমক কুম্না নৈ ম্নাওপানা হৌবা ওবা, চাদ-থক্কবা লাইনিংথৌ থোগী শ্রীথোইম্নাংথেম্বা কোম্বা-ম্নোবদা পোকখিবনি। হিমালয়দা চহি কয়াম্নুক লাই মিংম্নুম্নবগা [illegible] ওইবদা চাদবা-থক্কবা অপাম্ন থাদোকপা ওম্নবদা থোথোম লোম্নথোম লোক্সা বিক্ষু পূবদা লাকখি। পাথংশিংনা মিৎকুপ মাহেম শেম্নহনা থাগী মাহং কুম বহি: ভুবদানা ম্নেংলবই কম্নিওম

মরাল ক.বা ওর্ঁখিদে। গুরুদেবসিগী মিং অমমা মাধানন্দ কৌই। নবে কৈঁত্রৈগো বিজয় কৌরমই।

মোরীরেমসিনা, নোংমাইচিং চৌংলাদ্র লৈরম্মী। কমাগুম্বা কাশ্মির পণ্ডিত অমনা হায়খি,—ঐগী গুরুদেবনা কলি যুগতা ভগবান শঙ্কর উমগে লাথরবদি নীলকণ্ঠ সিরিদা চৎলগা নিংলবদি মমুক্তে বু দর্শন কংগনি। মাহাক্না নোংমাইজিংবু নীলকণ্ঠ সিরিনি খঙলমই অদুনা মকসিদা লাকপা ভগবান শঙ্করবু নিংখি। মাদা হাকখি,—ঐনা লাইনিংহনা লৈরকপদা পবিত্র নিংথৌ বুদ্ধচন্দ্রগী প্রেতাত্মাগা উননা লাকপা থবো'ংদা লাই খুরম থেংনখি। নোংমাইজিংগী থবো'ংদ কৈ (কষ্ট) অতৌবা অমগা অমুক অমগা উননা লাকপা ভগবান শঙ্করগী মূর্ত্তিদা খুরমই। মোংমদি ঐনা লাইনিংলিদৈনদা ল'ইবেন (অন্তাপম) অমা লংক্রপা মরৈ চপা ঐহোৎলোম হোৎচিনকখি ঐহ্র চেমজম থওমাংনা লিমা যোৎখিগনি থম্মুনা ভগবানবু ধা ন তৌখখি। লিবকুনা যোৎপদি যোৎক্রপা ঐবু মপৈমনা খুংনা কোনশিন্দুনা ভাইহাক থমগা চৎখি। ঐদি ভগবান নিবা উমখিদে। মিন অদুবুতা কিবগী পততিংতা নিংখি।

অসিগী মতুং পক্কাচম চৌবিদা ঐশিং পোকে চৎলগী, অদুদা লৈতে যোগী অমা থেংনখি। কাশ্মির লোম মিংখিনা হৈরম্মী, ঐহাকসি মাহাক্তী মপোক থাদা থওহোনানা চুপখুনা পুনেনখি,—মহাক্তু কনা ওইরিবগা।

তোখিনা হায়খি,—মাহদি থরাই চাউরবা মাধানন্দ বাবাজি ওইরমগনি। কাশ্মির পণ্ডিতনা হায়রকই,— তোখি বাবু।

অতকপদি অহানবদা ঐনা মাবু থক খুরুমগে নিংলমগে, অদুবু মহাক্না মমিৎ হেক পাওখোক্লকপদা ঐহাকসি মখোত থাদা থং-হোদানা টুখথি। মাহাক অদু ভগবান শঙ্কর মহাদেব ওইরোইদ্রা ?

ভোম্বিনা হায়খি,—পণ্ডিতজি। নি'জবা মপুনা উৎলরবনু, পণ্ডিতজিনা থওজদবদি ধর্ম্মগী থাক থা ত্রিবননি। রামানন্দ বাবাজি ওইরবসু চেসা অমা ওইরবসু মহাক্ ভগবান শঙ্করনি। রামানন্দ বাবাজি থেংনরবরা ? পণ্ডুতনা খুমলকখি,—থক উরখিদে।

ভোম্বিনা বাবাজিদা হংখি,—কৌজিক মতমদা খৃষ্টান, মুসলমান অমসুং গৌরধর্ম্ম, শৈব, শাক্ত, অ'সনচিংবা ধর্ম্ম যাম্না লৈরে। করবা ধর্ম্ম লৌগদগে ? বেগীনা খুমখি,—লাই নিংও, পুম্নমক অদু সম্প্রদায়িক (কাংবু) চাওখৎনবা লাকবনি টাইবং মপুবু নিংথিউ, গুরু নাইনা অপাম্বা ধর্ম্ম চৎপিও। ঈশ্বরদি মপাল নাইদবনি, কনানা হরি, কনানা কৃষ্ণ, রাম, মনামহৌ, গুরু শিদবা কৌবনে,—গুরুশিদবা নিংবা জীবশিংগী অখোইবা ধর্ম্ম'ন।

---

# পাম্জৌ

তোম্বিনা মতম থর বিষ্ণুপুরদা লৈরগা লৈপাক কোয়নিংবগী থাগম লাংকুনা মনিপুরগী চীংশাং কয় থুংনা চৎলকলি। থর লৈরগা থানলোনগী মনাক্তা লৈবা পাক্লবা নুংগাই অমগী মথক্তা লৈবা খোবোম পাম্বি য়াম্না হৌবা লম অমদা পাম য়াম্লগা লৌ উবা হন্নু'গা অমা থেংনখি ; মাহাক তৌত্ত্বংখুনগী মীনি। তোম্বিনা মাগী লৌসংদা অহিং অমা থুংলমই' বখোয় অনি ব মী শাম্না পালু থর লৌরগা ( লওরগা ) মান্থনা মুমিৎ অতুগী চাক ওইনা চায়মই,—চেং কংদে, ঙা কংদে, শা কংদে, করিগুম্বদি কনাগুম্বদি শা চানিংমনগ্রহনা শাউনগী খোংউপ খুল্লগা মকক্ মকক্ কক্নুনা চেপ্পাইদা তৌরগা য়াওরমই।

মখোয় অনিমু লৌসং মন্নুংদা বৈ হৌরগা তুমিল্লরম্লি, অঙুবু অঙকপদি লোংয়াই চবুক হেক য়োয়কপদা মুপী থেংনজেল অমমা মপালদগী লাউরকখি,—হো—ভা—তোম্বি। হো ভা তোম্বি! তোম্বিনা মগও ওট করিওট, কনানো হায়রুনা খোঙ হাংদোক্নবদা নিংথিবী লৈশাবী অমম্না মাবু কৌবা ওইরমলে। মখোয়না মাবু মখোয়গী কুম্মে য়েংনবা কৌবা লাকলিবনি হায়খি। তোম্বিনা হায়জরকই,— ইবেম্মাখোয়! মখোয়বু কনানো সানৌশিংগী চেংলৌস্থ মমাল্লি, শেৎলিবা কিজেৎনা চীংবুরোইনি হায়বাদস্থ হায়নিংঙাইনি। মখোয়না খুমখি,— ঐখোয়দি লম লৈমানি, ওন্নিংবা চেংলৌ ওনবীনি।

তোম্বিমা কিথি-কিক্লম হুবা অহনবী মতুং ইন্না চৎনি মথুত্তা যৌবি বাচেৎপিংগী মৈবা চাউনা মৈ চমহুনা মতুং ইন্নি, হো'য়েন বল্লকপদা মকম থঙবগ্নি হায়দুনা' যৌবিগী মৈবা-গী মৈতালগী মরক মরক্তা মৈরাক্তু নম্ নমত্তুনা থনখি লাইগী মরান য়াই, মথৌবু' য়োরে। লাইয়ামশিংগী জগোই শাবক্তা তাম্বিনা য়েংজরি, নোংঙাল্লমদাই ওইবগুম তৌরকলে, মতম অক্তা লাই হুয়া অহনবগী মরক্তগী অমদা হাপ্লকখি—লাইরেম্বী। ঐহাক কুম্ব য়ে ঙবা পেংল. হনজরগে।

লাই মুয়া অহম্মা মাঙজি হুনা তে ম্বিবু পুরকলে, মতম অক্তা জৌতু হন্নবাক্তু তুংথুন হুম্না মৈ মনাক্তা তুংলম্মি লাই মুয় শিংনা মাবু লৌসংদা থম্বিরম্লপা হনাগ্রে তোম্বিসু ঙ ইহাক য় য়' সুঙাইনা হন্নবগা তুমলে নোংঙাল্লে, য়ংগোই শম্বস্তু মশো' মঙাল চাদিন থোক্লক্লগা টাইবংবু য়াকাইরে, তোম্বিসু য়াগ'রকলে

মখিৎ মামায় টারগা তো'ম্বিনা থনখি,—ঙ'য়াং ঐ-না তৌজ-রিবাক্তু মঙলা, টাইবংলা। মাউবিগী ঙ স্থি খে ঙ্গুল ল'কয়ই, লংবু উচিংক্লা কাবা ঙবদবা, শাবেং শাদনা চোংহুনা চৎপা' ঙ্গ উপাল মোংশোং লৈতবা নুংগাইকী ঙম্লবদা মাগী তাম্বুশিং কক্ত পেরেং টাবা উথি। তোম্বিনা মাং অহিংদা চৎলু'রকপা সম্ ম্ বোলিজম ( somnam bolism ) কৌবা ব থল ট দনা তুমলি মৈদা চৎপাহুরা থনখি, অক্তবু টায়িবা তাম্বিহুনা মাবু ফিহনখি, অক্তগা করম তৌনা অহুক ঙবা নুংগায়দা চৎলুরগা হল্লকাখবনো থনবদা মিহুল য়াওখিদে। নুংগাই অহ কয়ামুক ঙবগে হায়ব বু

চুপ্পা মনাক্তা অরাংবনগী য়েংথবা অমা নত্তে মাহাক্কী মপান্দগী য়েংগে হায়রবদি উপ্রাক্কা হিপ্লগা য়েংবা নত্রবদি পৃথিবীগী আকর্ষণ শক্তিনা চিংশিনখিবনা টাংদনবগুম ওইনা মকৈনি। মখোয় অনি মকথক থাদোকখ্রে।

---

## "বাবুনী"

মেরাগী থানিগনা লুপা লৈচিন য়োংলৈ কাংবগুম্বগী মরুমদা কেকু লোৎপি শংমরি। লাইহৌ-নগী কুচুগুম্বা থুংমুক চাউবা তাম্ন চেক্লানা ভোগে মক্তাক্তম তাম তাম থংলি। ইন্দাল তুরেন তোর্বাননি, মৈতৈগী কোকিল লইজদে, পের দদি লায়রকুনা বসন্তকাংওবদা খোঙদবানি। তৈথৈ তীর্থ যাত্রিকন লাইরিক তাবদগী কাছাড়দা কোকিল খোংই হায়রকুনা তাহৈজে অহুনা মাহু য়েবগা লমহুই খোংবকাও কোকিল খোংলে হায়রনা কপচৈ। লইনীংমনখিবসা রেল-ষ্টেশনদা লিপাঙ্গীনি মপাঙ্গীনি থঙনবা অমাংশংদা লাই য়েকপা কাও রথা গোবিন্দ লৈরে হায়রুনা থুরমজবা মতুংদা লাই নত্তে থঙলক্কনা ঈকাইহনা হায়দোকখি হায়রুনা নেংকমিন্নবগী ব্রাহ্মণ লৈতবা নত্তে। নোংমদি মাচং-নারোল চনবদা হরি সুংনাংনা সন্ধ্যারতি শরুকপা তানজানি।

সন্ধ্যারতিগীর করিগীবো থঙ্‌দে য়াম্না থাগ্ন নম অমদগী কাংশি মখোম্না কোং কোং হায়রুনা টাইবং নপূং থুংমলো', নপূশী হৌরে হায়মগুম তৌরি। কাংশি মখোন লোইথিবগা মুশীগী মুংশিরবা খোজেম্না লাইসং কোয়বগী প্রার্থনা শক্লকলি।

মমাংদৈদো বাঙ্গালা দেশদ, বাঙ্গালী লোম্না ঈশৈ শক্লবদি কাক ওইনা পোকই হায়রুনা বাঙ্গালীশিনা বাঙ্গালা লোম্না ঈশৈ শক্লরমদে অঙ্গুবু মৈতৈনা বাঙ্গালি লোম্না মতম্‌সিদা কয়া ঈশৈ শক্লরকলি কনাগুম্বনদি রাজর্ষি ভাগ্যচন্দ্রনা বাঙ্গালা ঈশৈ শকথি। বাঙ্গালা দেশদা গৌরধর্ম্ম শজোক্লবা তৌখিবনি হায়রৈ।

তোম্বিসি সরকারগী থবক তৌবদগী দিসমিস চৎলবদা তোর্বান্দা ভূমিন তূমিন্না কোয়রি। মপুক্লিংদা করি তৌসিগে থনভৎ খোক্লমদে মতমরুদা মাইক্ অমদা শিনেম্না হোলগী মতে ন্দগী ঈশৈ শক্লকলি "চোক্ষের জলে মন ভিজিয়ে যায় চলে কোন উদাসি" তোম্বিস্থ মমিৎকী লাঙ্গৈজনা মপূক্লীং পূমচোৎ চোৎনা চৎলি। তোম্বিদো বাঙ্গালা থর থওবদগী ঈশৈশিং জাবগা খংনেপ লেপথি। শাইহাক লেপ্লুরগা বাবু-পাড়াদা লৈবা ভদ্রলোক ১মী মমুমদা চওলক্লে ভদ্রলোক অদুগী মমিংদি বাবু হায়না থওনৈ। বাবুনা নোজারমদাইদা মাগী চহি কুনমরুমদা শাইরিবী লুপ্রাবী অমবু তোম্বিগী মথুত্তা শিন্নরমই। লৈপাক কয়ামুক কোয়রুরবা ভূংদা য়াচওবস্থ খোঙদারকপদা তোম্বিনা বাবুনীচু করম পাল্লিরগে হংগে চওলমই।

বাবুনীনা তোম্বিবু উবদা ওস্থোক্না হয়াউনা কৌশিল্লগা যক্তোস খর থকল্লিরে, অদুগা মুশিং কাংলুপসি হায়রবগীদমক ফের্বন্দা থোরকখি। বাবুনীগী অক্তোবা থম্বাল চাম্নিপাল মানবা কুচু, মীওই মীতো কক্কবা, 'খর-খা' হৌথোকপ উবদা নাহা ওইবা কন্নাগী মিতৌনকম্নি; তোম্বিস্ত চহি মত্তাংদি চাওরাক্না কুম্থারোম শুবা লেংদানি, মখোয় অনি উম্নবাদি যীগা ঙৈতোল অরাবগা উম্নবগুম্বনি।

তোর্বানদা লৌথ্রবা মতমগী য়ারী কয়া শাকিল্লনা মী চিক্লবা, নাপ্মিবা মালংবদা লৈরম পুক্তনা শংপা টাইবং শুমহৎপা মতম্দা। কেরৌহনবস্থ নোংচুপ চীং মরুম্দা কয়া কয়া মণিপুরবু য়েংকল্লগা ঙসিগী লোইরেদো হায়রবগুম অতিয়াদা পাইরা চেক্লানা মকোন চৎপমজাইদা পাক্লবা মাশাং থুপচিনগ অমুক হইরেৎ কাপ্‌থং-পগুম মাশক থরক্কং নোংচুপ অহিয়াগী রংকবা থবাক ওক্ত উৎপগুম তৌরি, অরুব কুইরম্রে মকোংক্ল থুংচিনখ্রে। নাকোং য়ৈশিনহনগে মজাগুম হয়িং মুংনাংনা অদৈথা পামেল মউদা কেংল্লগা "হয়ি হয়ি" খোংলি মহাবদী উমংদগী কাহাংগী কোয়হাংনরবা শেকপী থরন্থ নোংচুপ কোংপোক অতেংহ ওক্ত কদাইদনো পাইরি, তৎপ লৈতনা পাইরি। বাবুনীগা তোম্বিগা যংশেং হোয়রং অমুক অনিরক হৎলহ হল্লা চৎমিল্লরগা ফের্বন্দা হৌবা লৈনৌ পাহি অমগী মখোঙদা কনাবুস্থ হন্না য়েংদানা চিবোন চিবোন য়ারী শানা কহিল্লরি।

চেৎনলকলে। তোম্বিনা মাগী মতৌদা হিৎইরিম্বানি খঙলবগী মগী ফুরবৎখাওবা লৈরম্বা নোংখোল মতুং অমা মনম নমহল্লি অঙ্গমগী পোরদো শাংনা অমুক থিংলগা কুঃ কাম্না উং হায়না পোকথারকলে। খৌ চিক্লবা তের্বা নানি! কনাম্বু লাক্লমদে। পোংবা শাংনা তম্বা বাবুনীদো অমম্বা ফিগলি। ঙাইহাক লেম্লগা তোম্বিনা থম্জিন পকাদা নমথরগা কৌরকই “বাবুনী! বাবুনী!” বাবুনীগী হৌরিং তপ্পা পাখোকলকলে অদুগা অমুকম্ব অাহু খাক হায়রগা তেংথিগী এডক চেংনা কোনশিল্লগা লাউরকই। তোম্বনা ঙাইহাক অমুক লোন্দুনা লাল্লগা মরেংবাম্বা মথবাক্ত ওকপ্লগা থুং নাম্বনা মখোক অসিগী কপ্লাক মথক্ত কোল্লগা য়ম্বা য়ানা হোগত্তুনা বাবুনীবু মাগী য়ুংদা পুহনা চৎলমই। য়ুমদো কনাম্বু লৈরমদে, মনাই মুগী মচা অমত্তং লৈবাহুনা থোং হংজাক্লগ তোম্বগা বাবুনীবু পুংশল্লগা ঙৌরবা কমুংথক্ত তপ্পা হিপহনখি, অদুগা শুগীংচাত্তনা ঈশিং অাশাবা থর লুম্লগা ররবর খোঙলদা হাল্লগা পুরক্লবা পোশাকরে।

নীংথিনা বিম্ মচু শাল্লবা শুমু হাইরবা কল্লাং মনাক্তা কা অংদ বাবুনীগী কমু থারে। মাইথা-ফিজদো শৃংনাবনা লাংগ্রানা থাবনি, খাক্লগী নথক্ত রেশোম অঙাংবগী খোমচেগ অনি থারে। খোমচেগকী মথক্ত লৈরাং খোকগা মোনথুম ফিতেক অমনা কুপই। বাবুনীগী নীংথবা মাইখোংদা চোইজাইননা তাম্রিবা মুরবা সখলাংদা মোম্বা, মোম্পাকফিদক মথক্ত চাইনা তারি। অওকপনি। মফি-মরোম-কোমদে হায়বগী খাথল লৈত্রবীনি।

থৌরবা মপুং ফারবা থবাক চৌংথোক মচা অনিস্থ ম বুনীবু মিহৌশবা লেৎপা খুদিংগী নেমহৌ নেমহৌ তৌরি, অদুবু তোম্বনা বাবুনীগী সাড়ি ফিজিনা মাথু মরক মরক্তা কুপ্পরি।

তোম্বিনা বাবুনীবু জ্ঞান তা-নবা মঙল মথলগী পাইখৎলা হক-চাংদো নমথুনা ঈশিং আশাবা বোতল মখোঙ্ডা ক প্লগা লোৎনরকপা মরক মরক্তা জ্ঞানদি তারমই অদুবু অমুক হেক্তা পঙথখি। অহিং নোংমাই মৌশিন্নকলে, সুপীমচাইস্থ অতে মা কাওনা অমদা অনাবগী সেবা থৌরমগী তোম্বিনা মাবু তুমহৎক্রো হায়রকপদা কৌবা-কাও তান-মথৈ তুংগ্রে। অদুগা বাবুনীনা রা মতেক মতেক মুরম মুরম শোক্লি। চৈথেংদি কুপ্তাপু য়ুম্বাংলৈ, হে ঈশ্বরাস্ত্র বিদ্যাসাগর?

চহিনা লেংগাস্থ ওইবা; বাবুনীগী শিংথিবা কুচু, ফিরোল মকম থঙদারা মৎ মৎ লায়দোক্নুনা শোর মরক মরক্তা হোল্লগা তোম্বিবু হেক হেক কোন্দুনা চিংথবা লাইপক থীবা তোম্বিনা কনা মাম্বা বাবুনীবু জ্ঞান থা-নবা হোৎনবদগু জ্ঞাং তারক্তবদা মাহাকস্থ তৌকম থঙখিদ্রে। বাবুনীনা মখৈৎলা ফেংলব খোঙ্গোংনা মমিত্তি হায়খৎ পাঙলগা হায়খি "তোম্বি বাবু!" এক্সি থমোয়সি ভিক ভিক চোংলে' হিংগনি থাদ্রে. মুংশিন্নি ফিয়োনসি লৌথোকপিরো হকচাংসে পুবা ডমগ্রে অমুক্তা শাহনবিউ। বাবুনীগী অরাবা মতৌ উরগা চঙমরবা তোম্বিনা হায়বীদুবু কোরগা কদায়দা সারিবানো থরেবা মমা কৈনারোল শিনবীগী মিংথে শোঙ্গহনা অশাবা কোম্বা নিজখি।

মিৎয়েং টাম্বা মকমদা য়াচংবদগী লিরাং পায়েংগুম চাকলবা চৌংবায়রবকী লাইশ্রম্নু নোংদোন লাইজ লিরাগা। লোয়নবা তুংগে ; লাইয়েন লাব। য়াওবগে হুইখো লাব। চিলকেংগে ; ভগবান উমাপাতিগী জটাদা খাগী কোনাই মচেৎনা চাজবশুক লিক লিক লাউবা নোংপোক চৌংথে মহাদেবগী জটাদা চংজরব। শাজিক খাবাম্নু মুৎখরে। মতম অমুদা ঐংথৈ লাইনী বী অমনা মদলারাভ ঈথে লকলকাখ। হোয়ো হোয়ে রাই, —কয়া কুইনা হিলাবান অলংবা মানগী ভবাঙ। তোহবদো আহংচুম্না তুবদনা বাবুনীগু করম্বা অরামা পোৎখাহনগদগে হোৎনরম্মখা। ঈশৈশু তাৎদা বাঙালা ঈশৈ ' রাই জাগো ওক সারি বনে, কতাবিত্র। যাও কাল মাণিকের কোলে' হায়রবাহু নিংশিংখি। মতম অমুদাদ বাবুনী নিংথিন। তুংখগে। তোম্বাদ মচা শান গুরবা লিপাান হৌগৎলগা মকিমরোন শেংাচনগে। আহিংচুম্বা থাদকা অঙাংবা মম্মাগা মাকমরোল য়াওদনা তুানমবওম আহিং লেলাখ, অচুবু ইশ্রেয় খুত্তম চলবা তমজাবিবদা বাাজকোনগী বাবাজীবু খুরমজাখ। বাবাজীনা হায়বিরবা মুপাৎ ঈমাওম থনগনী তাকাপবস্থ মহৈ য়াগে থনাখ, মরমদি আহিং অচুদা উয়ান চৌংদোন লোমজবা তমজখি।



য়োয়্মোংপানা মোংবাতু তেংলকপাতা লম্য়োকনারে। হায়বিদুতা পাথো কৌপাতী য়ীচুম্মা-ও কৌয়ে। য়ীচুমমা নঙ্তী কনানো হায়্না পাও-হংপাপু অইদী ঙাংঙোই য়োয়্মোংপা মোংপা তুতেংপানে। পাওখুমলাপাতা য়ীচম্মাও নঙ্তী কনা্না। অইতী চীঙ্খোঙ্ পোইবৈতোননে পাওখুম্লাপাতা তৌঈকিতী চীঙ্খোঙ্ পোইবৈতোন ও নঙ্তী য়ীচুম্ম নৎতে। য়ীব্র বা নঙ্কী খুল্থিপাকি পোৎনা লুম্পাবা অই মোংপা তুতেং-পাকি পোৎনা লুম্ পারা যেংনাসে হায়্না যেংনখিবে। ঙাংঙোই য়োয়্-মোংপাকি পোৎতী বাক্তৈ হিনা পুপা'নকিনা লুমবে। হায়িদুতা অরূমপাপুতী অতুম্পা কৌয়ে। অয়াংপাপুতী অরাংপা তৌনা কৌয়ে। তুম্পীও থোন্নাবে। চীঙ্খোঙ্ পোইরৈতোন্কি পোৎতি শামুথোঙ্না পুনাকি য়াংয়ে। য়াংকেল মতমপাক-ও থোন্নাবে।

---

হিদাক্ নৈব খুল্ থিরক্পদ ঙাঙোই য়োয়মোংবন তুরেল মরিল্ তেংলক্পগ ওক্নরে। সত্যযুগক পাথো কৌবদা ঈচুম্মা কাব্ন কৌঈ। কে রূপ্ নঙ্দী কনানো হায়্ন পোইরৈতোন্ন হৌবদ য়োয়মোংবন ঐদী ঙাঙোই (নী থোংচা) য়োয়্মোংব হায়্ব তুরেল্ মরিল্ তেংব নীপা অদুনি। মান অমুক কাখি, মরূপ্ নঙ্দী কনানো? মাদুদ ঐদী চীঙ্খোঙ্ পোইরৈতোন্নি হায়ন খুম্লবদ হায়্খি, অদু ওইরবদ কে চীঙ্খোঙ্ পোইরৈতোন-ও নঙ্দী মরূপ্ নাত্ত ঈবুধৌনি। ঈবুধৌ নঙ্গি খুন্থিবগি পোৎন লুম্বরা, ঐখাক্ মোংব তুরেল তুখুল্ তেংবগি পোৎন লুম্বরা য়েংনসে হায়্ন য়েংনখি ঙাংঙোই য়োয়্মোংবগি পোৎতি হিন পুরক্প মরম্ন লুম্মে সত্যদ অরূম্ববু অতুম্বা হৌই। অয়াং-ববুদি অরাংব কৌঈ। অদুন তুম্বী হায়্ৰ থৌখি। চীঙখোঙ্ পোইরৈতোন্কি পোৎতি খোঙ্ন চৎপন পুবগি য়াংঈ। য়াংগেল্

পোইরৈতোন্না য়াথাইপা থোংনাং কাইপা য ঙ-ও, য়ৌপারিকি কোল্লোয় মমিং থোংপু কল্লি কোসিপ নে। ? থকলোয় মিংপু মিংথোংসে হায়প্লাস্ত্ঙ্ খেকলোয়-তাংনা থাকয়ে। শিঙনাং মিংপু মিংথোংপী হায়পহ্ঙ্ নেম্পী তাংনা চাউরে। শীঙ্ঙ্ৎ কুরোন্থাম্পা মিংপু মিংথোসী হায়্না শীঙ্ঙৎ শীঙ্তাপুং তাপং শীঙ্মিংনাপা তেনা কোগে। চাঙ্খোঙ্ পোই-রৈতোন্কি মপারি তাপুং শীমিংনাপাপু লম্তেং অগাম্ সোংতা নোং-মল্লে। লইনুং থোঙ্লোগে ল অহনপা সাবা কংলৈপূঙ্কাপাতা থাইথুং-লুরে। লইনুং থোঙাবেলনা পান্টহংখিরে। হে নাউরা অখুপা নঙ্তৌ কনানো পাওহংপাপু অইতী তাপুং শীঙ্মিংনাপানে। পন্থৌ পোক্মাপাতী চাঙ্খোঙ্ পোইরৈতোননে। পল্লেম্ ঈমাতী লহমা লৈনাউতাপী কোয়ে হায়্না পাওখুম্লপাতা লইনুং থোঙ্ভাবেন্ অহন্পানা হে পারি-ও পল্-

---

মঙ্তম্হন্ববু নীপা পোক্নি হায়না মঙ্ ফাওনবু সোয়্দনা পোক্লে। চাঙ্খোঙ পোইরৈতোন্ন ঐগা মাইব পোংনা কাইর ধাঙ-ও ঈচা নীপাগী কোল্লোয় মমিং অসীবু কারি কৌসি হায়বগে ? খেকলোয হায়না মমিং থোন্ ন হায়রবস্থ থেকলোয় মতাং থাকঙ্গ ! শাঙ্না হায়ন মমিং থোন্সি হায়্রবসূঙ্ শীঙ্নাং মতাং চাউঙ্গ মকু য়াম্না শীঙ্ঙ্ৎকি মমিংবু লওদুন থোন্ স হায়দুন শীঙ্ৎ শীঙ্দবুং তবুং শীঙ্মিংনব হায়্ন কৌঙ্গ। চাঙ্খোঙ্ পোইরৈতোন্গি মচা নীপা তবুং শীঙ্মিংনববু লমদেং অহাম্ সোয়দ শিরে। মান শিরগ লইনুং থোঙ্ঙারেল্অহন্ব অশিব লম্গি মপূঙ্ ফারব লম্দ থুংলুরে। লৈনুং থোঙারেন্ন হংলম্ঙ্গ, হে অঙাং অপীকপ লইকপু কনানো হায়রবদ খুম্খি। ঐদী তবুং শীঙ্মিংনব কৌঙ্গ। ঐবু পোক্প ঈপান চাঙ্খোঙ্ পোইরৈতোন্নান, ঈমান লৈনব লৈনাউতাবী কৌঙ্গ হায়্ন খুম্লবদ লৈনুং থোঙ্ঙারেল্ অহন্বল হায়্খি, হে

থৌ নপা চীঙ্খোঙ্ পোইরৈতোন্তী শানৌ পলেম্পী মচানে। পলেম্ নমা লৈনাউতাপীতী তাল্লোয়্ অইকি অথুপীনে। লুম্লেম্ অতোন্পীনে। পারিও নশাবি চাখা খোংহন্পা্ সগাং য়াইমাপা্ কাঙ্তোল্ লৈনৌপা লৈসং খেক্রায়্পা ঈমোম্ খায়োয়্নুরাহল্ হুইয়াই কোংতিংনু অহন্পী, হাওচেং লাংমাইনু সাফাপীসুঙ্ নোংমল্ লক্লে। পন্থৌ নপানা উয়েপ্ কনাপু চায়াখিন্না ফম্লেল্ কনাপু য়থুপ্ ওইন সীপনো হায়্না প্রেম খক্মাতানা মিক্প্লিঙেনে। পারি নঙ্সীদী তাইবঙ্ মাল্লংপালতা হল্রাইখিও। পলথৌ নপা চীঙ্খোঙ্ পোইরৈতোন্তা হায়্রুও। নঙ্না নপারি খাইনা য়াম্ নমোম্ তোক্না হুক্পতী লাহাল্ নঙ্না মালেম্ খুন্ফাওনখিপা্ থৌতু নুঙ্থোঙ্ হাংনা শল্ মান্পী কাসোম শল্ লাইমান্পাপু চীঙখোঙ্ নমিয়োক্ নাশাল্ কন্ন-ও। তরংলাইচায়াং লৈঙম্পাপু মায়োং য়াইকা তম্হল্-ও। তেক্পী-ওকচাউ য়োয়্বোক্-ও। কাইরৈ য়েন্ফাং হইনা য়োয়্-

---

পারি-ও, নঙ্গি নপা চীঙ্খোঙ্ পোইরৈতোন্ হায়্ব অদু ঈমা অমতন পোক্প ঈনাওনি। নঙ্বু পোকপী নমা লৈনাউতাবী ঐগি নূপী অতোন্বনি। লোননবীনি। ঈচা নঙ্বু নয়াম্ব চাখা থোংহন্ব, সগাং য়াইমব, কাঙ্দোল্ লৈনৌব, লৈসং খেক্রায়্ব, অদুগ ঈচা নূপী খায়োয়্ নুরাহল্ হুঈয়াই কোংতিংনু অহনবী, হাওচেং লাংমৈনু সাফবীসূঙ্ শিরক্লে। নঙ্বু নপান শাগৈ মুৎতনব কনাবু থম্লগ ফম্মেল্ ফম্দূন শল্লাই মকোক্ ওইহনসিবনো হায়্দূন মমিৎত মপি কংদন কপ্লরিগনি। অদূন ঈপাগি ঈবুংঙো নঙ্দী তাইবঙ্পাল্ব মীরম্লেল্দ হনথো। নঙ্বু পোক্প নপা পোইরৈতোন্দ হায়্রু চৎলু। মহাক্ন মচা নীপা য়াম্ন শিব, মচা নূপী য়াম্ন কায়নবদি মহাকন নহাল তাইবঙ্পাল্ ফাওখিবদ নুঙ্থোঙ্ হাংনখিব শন্ কসোম্ শল্ অমোয়্

রোক্-ও। লাথাঙ্পানা শূকপু সোইপু থাঙ্না য়োয়রোক-ও। নাউহিংপানা শূকপু সোইপু হিংনা য়োয়্রোক-ও। লাথুপ পানা তানচা লাইচা থুপ্না য়োয়্রোক্-ও-। ওয়না রইপা ওইনা থোকও। য়েৎনা লইপা য়েৎনা থোক্-ও। পায়ই সোয়্নাতা চোইনা মাংনা কেন্নাতানা য়োয়রোক্-ও। লোইতাম্ মনুং ওইরাপাতা পাঙ্খিনা ভাঙতম্ লক্লাপা লোইমোম্ন থোইঙাঙ্ শায়াপাকা চীঙ্থোঙ্ নমিয়োক্ নাশাল্ কল্না-ও অসুম্ হায়-রু-ও। হায়্না পাওমেল্লাপাতা, হোয়তা ঈপল্ পন্থৌ নিংথৌও, নাতাইরেম্ অইতী থমনুং পাংথী য়াম্ শায়া কোংপুৎ হক্যে। কাওথঙ্ মরুলোই থোংলেল পামপৈ হক্পাপু লাল্ঙম্ লোই। থৌত্ নুঙ্মই কুইপাপু কোইঙম্ লায়োইয়ে। তাইপঙ্ ওন্কেরয়োই হায়্না রাকনখিয়ে। লইনুং থোঙভারেল্ অংনপানা তাপুং শী মিংনাপাপু ফইরা তান্তা থোংনা পাউমেন্খিয়ে। পায়ি-ও, হায়্কুনো। পন্থৌ নাপা পলেম্ নমা অনীমানা

---

লাইমান্ববু মচাগি মমি য়োক্তন মশাগি ফজব কয়ো হায় য়ূ। অদুগ তবং লাইচা য়াংশৈ ভনববু য়াই থাকল্লূ। ওকচাউ হাংতূন নশা কল্লু। য়েলপু অম্ হাংতূন নশা কন্নব ঈড়াংল্লু লাখাঙ্ব লারোয়্ন শূক্তা সোইতানব ঈড়াংলু নাউহিংবল নচা নশূ হিংনব ঈড়াংলু। লাথুপ্পন তীন্চা লাইচা তাইদূন ঈরাংল্লু। ওয়্ন লৈব পরৈ ওয়্ন থোকউ, য়েৎন লৈব য়েৎন থোকও পরৈ পরৈ মাঙ্নদন চোইন মাংন শোয়্হন্দন ঈড়াংল্লু। হয়েং মতম্ ওইরব্রব কৌন মুল্লকলব, থোইঙাঙ্ শায়বদ চৌঙ্থোঙ্ নমিয়োক (নচা নশূ কয়ব) নশাগি ঈড়াং থৌনিয়ু অসূম হায়্ন পাউতম্লুও হায়্ন থেম্লবদ তবুং শীঙ্-মিংনবন থুম্খি, হোয়্, ঈপল ঈবুংঙো নিংথৌ-ও, ননাই ঐদী অশিব লৈবাক্কি অয়াম্ব পাংথী, কোমথী য়াম্ঙ্গৈ। মকোক্

য়াইথোং শাহুনতা শুমাং কংশিতা, রাংলেল পুঙ হওজা নোংহামলিয়ে। হাওশি মংথিনপানা খাল্লাকানে। তাইপঙ্ যাঙনা হল্লাইখি-ও হায়না চীঙথোয় নোংশাংনা ঙাঙ্নারমে। চাখাপা চীঙ্মই শাংও তৌনা কৌরে। লইনুং খোঙ্ঙারেল অহন্পানা রাঙ্লেল্ মপুঙ্ চাপু হইনা তান্থৎলকয়ে। খমনুং পুঙ ফু নোংকাই চীঙ্-ও থোননায়ে। তাপুং শীঙ্মিংনাপাপু খম্লৈ মীনুংকোল্, শারা মখুরোনকিপু রোন্-তেরে। তাইপঙ্ মাংলং কারকয়ে। কৌপা লমতেংলমলাং খায়থৎলকয়ে। পন্থৌ মপা চীঙ্খোঙ্ পোইরৈতোন্ পলেম্ মমা লৈনাউতাপী অনীমানা খৌপারি তাপুং শীঙ্মিংনাপা-ও, নঙ্তী খম্লৈ মীনুংকোল্ শারা মখুরো-নকি কারম্ হায়্না হল্লাইরকপানো। নপল পন্থৌ লইনুং খোঙ-ঙারেল্ অহন্পানা কোমোর্ মতিন্মেন্পু করি মেল্লকপানো হায়্না মপারিপু কইরা ওনরা থোং খনাই লেঙ্লোগ্ চুপ্না পাউহংখিরে। লোয়্তা পন্থৌ লইনুং খোঙ্ঙারেল্ অহননামা পাউমেল্লকয়ে।

---

মমৈ লাইদর পামৈরে হাওদর খোংবু লাল্র জমলোই। নূঙ্ মমৈ শাংব হায়্বদি নূঙ্ অশাংব কেইন চৎপা ঙম্লরোই। অদূন তাইবঙ্পাল্দ হনব ঙম্লরোই এাহন য়াদ্রে। লৈনুং খোঙঙারেল্ অহন্বন তবুং শীঙ্মিংনববু মতম্পাক্ল পদম্দূন থেংখি। ঈপাগি ঈবুংঙো হায়্গনু। নঙ্বু পোকপ নপা মমা অনৌমকন মংথোং হাংন থবক তৌদ্রিঙৈ, শূমাঙ্দগি মপাল্দ পুদ্রিঙৈদ অশিবগি তৌকম্থোকপ পুঙ্-শেল্ য়েদন মতম ঙাইরি। পোৎলোইনব মংদ পুথোক্পন হাল্লগনি। অদুন থুন য়াঙ্ন তাইবঙ্পাল্দ চৎলো হায়্ন রা কুইন ঙাঙ্নরম্ঈ। অদুগিদমক চাখাবচীঙ মৈ-শাং কৌঈ। লৈনুং খোঙঙারেল্ অহন্বন পুঙ্ য়েদুন মচাবু তান্থৎলকলে। থম্নুং পুঙ্ফু নোংকাইচীঙ্ কৌনখি। তবুং শীঙ্মিংনববু অশিবগি লৈবাক্, অশিবন লৈনব লম্দগি হল্ল-

লাহল্ মালেম্ খুন্কাওখল্লৌতু নুঙ্থোঙ্ হাংনা শন্পু মানবী লীকা থুনা তেৎনৌ লুমাই থাংনা তাবং লইমাচা য়াংলৈ ঙমপাপু মরোং চুঙ্কা তম্হল্লো। কংলই শায়ী তানা চীঙ্খোঙ্ নামিংয়োক্না লুরাং নাশাল্ কন্না-ও হায়্থৎলক্নে। তেক্পী ওক্চাউ হাৎনা কাইরই য়েনকাং রৈনা য়োয়্য়োক্-ও। লাথাঙ্পানা লাপু খাঙ্না য়োহয়োক্-ও। লৌহিংপানা শুক্পু সোইপু হিংনা য়োয়্য়োক্-ও। ষেন্শম্ পানা শুক্পু সোইপু শম্না য়োয়্য়োক্-ও। শায়োম্পানা শুক্পু সোইপু য়োম্না য়োয়্য়োক্-ও। লাপ্প-পানা লাপু থপ্ শোইপু থপ্না য়োয়্য়োক্ ও। কৌপারু অরাং চীঙ্গি নারাল্ ও হায়্থলক্নে। রোয়্না রইনা য়েৎনা থোক্ য়েৎনা রইপা রোয়্না থোক্, পাররইনা তাপাপু যাঙতানা চীঙ্খোঙ নামি য়োক্না নশাল্ কল্লো। কুরেক্ হাইখোং তোংনা তোন্পীচক্নেম তাংনেম্পানা মহল্ খাইনু লাইশেংকেক্ শাবা লুম্লেল্ তাঙ্ শুয়াঙ্ থৌপু শংবা লুরেল্ তুপ্না

---

কল্লে। তাইবঙ্পালদ কারকলে। কোবলম্তেং লম্লাং য়োরকলে। যাবু পোক্পা মপা পোইরৈতোন্ মম নৈনাউতাবী অনৌমন ঈপারি তবুং শীঙ্মিংনব-ও, নঙদী অশিব মিন রৈব থম্নুং রৈশাকতগি করম্ন থুন হাঙ্ন হল্লকপনো। নপল্ নিংথৌ রৈন্নুং থোঙঙারেল্ অহন্বন করি করি রা হায়্রক্পগে হায়্রুন মচাবু মতম্বকত পমলগ চুপ্তুন রাহংথি। হোয়, ঈপা ঈবুংঙো রৈন্নুং থোঙঙারেল্ অহন্বন হায়্রকঈ নহাল্ তাইবঙ্থোক্হনব শল্ নুঙ্খোঙ্ হাংনব শন্বু থওরীদ পুল্লগ য়োৎকি ঙক্কক্ থাঙ্ন তরংরৈমগি মচা য়াংলৈ ঙম্হবু চুঙ্ ওইন হিল্হল্লু। রৈপাকত শাগি ঈ তাহন্দুন নশা কন্নব ঈড়াৎতূন লুরাং নঙ্গি নশা কন্নৌ হায়্ন হায়রকঈ। তেক্পী অচৌব হাৎলগ য়েল্বা অনীন ঈড়াৎলু। লাথাঙ্ব মীন লা হেক্হল্লগ ঈড়াৎলু। লৌহিংবন

শাবা চেঙ কোই নীকনা নাকা নপ ইনিং খাকোয যাননা পাতাঙ্ যৌবাট-মেন্না তোক্কা লাইকা মেননা চৗঙ্খোঙ্ নামিং য়োকনা নাশান্ কন্না ও। অতুকা চাকোক্ তাথা কাংঙনে। শায়েং লোইত ম মনুংবোট থাঙ্বী ভাঙ্তম্ য়াল, লোইমোম্ খোইগাঙ্ শ রকপাপাতা চৗঙ্খোঙ্ নামি য়োক্না নাশান্ কন্না-ও হায্ৎলকযে যন্না পাউতম্খিয়ে। মীর্ব্রা চীঙ্খোঙ্ পোইরৈতোন্না যীপাকি শীঙ্ডুং শীঙ্তাপুং তাপুং শীঙ্মিং-নাপা-ও, কোল্লোয়্ নমিংথোং অসীতি থমনুং লাংব্রোন্পা শাবা পল-কেন্পা মিংনে, কতৌনকো। পায়্মা নিংশা থম, লিন্পান্ খোকমৈ নেম্লাপাতাকিপু হল্রাইবকুয়ে। পারি কোল্লোয নমিংথোং অসীতি নিংঙোল্ শীহন্পা কৌসে। মস্তুম্না মিংগাংখেযে। চায়তাপ্রা?

---

নচা মশূ হিংনব ঈড়াংলু। য়েনশম্বন নচা নশূ মথং মথং তানব ঈ-ড়াংলু। শামযোম্ন নচা নশূ য়োমন কোনশিনন ঈড়াংলু। অদুগ লাথুপ্পনলা থুপ্তূন হায যদি নচা নশ থুপ খিবত্ন কোনশিনদুন ঈড়াংলু। অরাং কৌক্রু চীংদগি মলা মশিঙ হেকউ হায়্রকঈ য়েৎন নৈব পরৈ ওঈন খোকপরৈন তাব মশক্মাঙ্নদন ঈড়াংতূন নশা কল্নৌও। মখিক্ নেম্ব মতাং ভেন্ন তোনলীন মচননূপী খাই-তুগি অনাব লাইকোক্লখিব উয়োক্লপ্মপ্রা ঙকতাঙ্বীবু মঙক কক্লগ চেঙ্ চাইদুন উনাদ য়েংমক্লগ য়াগি উনোংদ লাপ্তুন ঈপা ঈপুগি অশাঙ্ত খিৎয়েং কোক্লগ অকাং অতোং মেনদুন নচা নশূ ফনব নশা কন্নৌ। অদুগ নচা নশূ অফব পোক্লিন। হয়েং কুমথা মতম্ চারব কোন্ মুল্লদূন মচূ ঙাঙ্শিল্লকতূন খোইঙাঙ্ শারক্লব মতম্দ নচা নশূ কন্ন নশা কন্নব নথো তো হান্রকঈ হায় ন তম্খি। ঈমুখো চৗঙু পোইরৈতোন্ন হায়খি, হে ঈচা ঈবুংঙো

হরিদৈঙকি চীঙ্খোঙ্ পাইরৈতোন, খোংকাং অতোন্‌পানা লৈহুংলিরি লিফোংবী মাঙ্‌রায় তুংরাইবী শাচি লাংকাপ্পী-ও, ঈপারি নিংঙোল শীহন্‌পা অসাপু মপু নাউথিঙ্‌খোং চাখা অরিপাকি মৈনা রায়্ তাংনা শম্‌লওপাতা অসীনে হায়্তাপ্রা? হে লিকলাই-ও, তয়ম্ লোন্‌লেম্ য়ীরাক্ মতী খমনুং লম্‌হুঙ্ কুমলুতে, শারা লম্‌হুঙ্ তারুতে। তয়ম্ চীঙকোয় য়ীরাকমাতীপা য়ীমায়্ নোংনেম্ লাইনা পাং থোঙ্‌লেন্ ঈমান্ কোপা চীঙ্ থংলা পাংপা লমরোন্‌না কোন্‌চিন চাংম্‌কে। হায়া হে চীকলাই-ও।

লাইরিক অসীতা মাপু উমু চাক্‌থেক্ থ'ক্‌কুম্‌পা পাইমা শিলদৈ রোমপা মকোক পুক্‌খোক্ হাঙ্ শ্রীথাঙ্‌শাপা ফংত্রসিংনা ইচাপানে।

---

শীঙ্ঙুৎ শীঙ্ভুবুং ভুবু শীঙমি নব-ও, নঙ্গি নমিং অসীদি শিরু-রবা, নথরায় খম্‌লুরবা মিংনি। অতুন করি কায়গনি। নঙ্গি নমিং অসী নিংঙোল্ শীহন্‌ব কোরসি হাধ্‌ন থোনখি। সত্যগি চীঙ্খোঙ্ পোইরৈতোন্ খোংকাং অতোন্‌বন হায়্‌খি, হে লৈমুং লিরি লিফোংবী মাঙ রাই তুংরাইবী শজি লাংকাপ্পী ঈচা নিং-ঙোল শীহন্‌ব অসা মপু নাউথিংখোং চাখা অরিপগি মতৌ শম্‌থরক্-পনি অসীন হে নিংথোরেল্ ও, ননাই ঈশৈ শকপ ঐদি লোল্ শুত্রিবনি। অদুগ অশিবগি লৈবাকতসু চৎলুত্রি, অশিবগি লম্‌দসু য়োরুদে। ননাই ঐদি ঈরাদি ঈমায়্ লাইনা পাংব নোনুন, থোঙ্গি মকোক্ ওইব কোক্রু মায়্‌কৈ ওন্নুন লোইশিন্-জককে। হে হয়া, হে লিকলাই-ও।

লাইরিক্ অসী মৈচাক্ থাক উমু মকোককুমব লোশিং লৈভব রাখল থোকতব শ্রীথাঙ শাব ভদ্রসিংন ইজবনি।

লোইরে।